# শৈরেংগী ঈচেল

লাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহ

# শৈরেংগী ঈচেল

খৃষ্ট কুম ১৯৩৬ তগী ১৯৯৫ ফাওবদা ইরকপা চহি ৬০ গী
শৈরেং ৭৪ গী লাইরিক )

# ৱাহৈ অমনিদং

চহী ৮৫ শুরবা শ্রীলাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহবু ঐখোয় অয়াম্বনা রাজনীতিগী মীশক ওইনা, দেশভক্ত অমা ওইনা শকখঙনরি। মরৈবাকী-দমক্তা রাজনীতি অমস্তুং পাউচে ফোঙবগী সাধনাদা কখোল্লবা পুন্সি অমনি। মহাকস্তু লময়ানবা কবিশিংগী ( চাউবা-কমল-অঙাংহল-নবদ্বীপচন্দ্রনচিংবা ) তুংইনবা কবি ওইরমলে। ইংশোক ১৯৩৬-৩৭ তা ইখিবা "ঐবু কৌগন্নু সাধু" হায়বা শৈরেং মচা অমতংদি ছাত্রশিংগী পাঠ্যপুস্তকতা চহী কয়াসি য়াওহনা লাক্লি। পৃথিবীগী অনিশুবা লানজাওগী মতুংদা ( ১৯৬৮ ) ফোঙখিবা লাইরিক অসিমক্তী মমিং থোনবা শৈরেংশিংগী খোমজিন্বা অমনি ফোঙপ্রবনি। অহুবু লাইবক থীবদগী ( মণিপুরী সাহিত্যগী ) অয়াম্বনা পাবা ফংখিদ্রে। অসিনা অমুক ১৯৯৫ দা চহী ৬০ গী মতুংদা ( ১৯৫৫-১৯৯৫ ) ইখিবা শৈরেংশিংগী ( মশীংনা ৭৪ নি ) খোমজিনবা অমা অমুক্তা ফোংদোরক্কুনা মৈতৈ সাহিত্য লৈমদা কচ্চরি।

কবিনা হায়জবা অমা লৈ। মহাক শৈরেংগী লাইরিক য়াম্না পাই — ইংরাজীগী রোমানটিক কবিশিং, বাংলাগী রবীন্দ্রনাথনচিংবা। অহুবু পাক্করি-বশিংহু চপচানা লৌশিন্নবা হোৎনদে। থরদং পাক্করগা মডোন্দা ভাম্বোরকপা কল্পনাগী জগৎ অমগী পাউদমহু মহাক্না মশাগী শৈরেং ওইনা ইথোকই। মসিমক অচুম্বনি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী অহানবা সেসনদা ১৯৩৫) পুখোক্কুনা পাখিবা –'নোংয়িনবু ওকপা" হায়বা ফজরবা শৈরেংসিদা কবি শেলীগী শৈরেংগী মমি ভাই। অহুবু মান্নদে। কবিগী শৈশক শৈহেক শৈদা য়েংলবদি শৈরেংশিং অসি লময়ানবা কবিশিংগী শৈরেংদগী থোইনা ভাদে। হেন্নহুম ফজবা মতাং কয়া থেংনৈ। মহৌশা লাইরেম্বীদা কুমা য়েংজবা, পুন্সী-লাংদগী নাম্বোক্কুনা পাইনীংবা পোম্বী-চেক্লাশিংগা রাম্বী শান্নবা ( হান্নিনোংনাং, তিজোংকাজোং, লমথুম্মু, নোংইননচিংবা ) প্রকৃতিগী

ওল্লকইবা মশক্তা লুপচবা ( অয়ুক, মুংথিল, লৈচিন, মুংশিং, ইন্ডা, লাংবন, মেরা অমস্তুং অহিং থরান্নচিংবা ) রোমান্টিক কবিগী চপ য়েংবা মীৎয়েং অমদি মহাক্কী শৈরেংশিংদা থেংনৈ। মমা লমদম অমস্তুং ভারতপু নীংশিংবা ( কুরঙ্গনয়ণী, গান্ধী, ব্রহ্মপুত্র মৈত্রবাক মাঙথ্রবা লাম্মী (হামিদ) অসিনচিংবা ) কবিতা কয়াস্তু য়াওই। পৈশাগী মগুণ থাগৎপা, শিবগী অর্থ থিবা, হেলোয় ওক্লবা অমস্তুং বিজ্ঞানগী শক্তিবুস্তু কাউথোক্তে। পাকথ্রবা মীৎয়েংনি।

য়াম্নমক ফজরিবা অমদি রহস্যবাদকী মনম চঙলবা অতেনবা শৈরেং থরা অসিনি।

রবীন্দ্রনাথকী "গীতাঞ্জলি" অমস্তুং "খেয়া" মচিংবা লাইরিকশিং নীংশিংহল্লি। নহা ওইরিঙৈদা ইরম্বা য়াই হায়না থাজে। ভারতকী সংস্কৃতিদা জীবআত্মাগা পরমাত্মাগা শান্নরিবা উন্নবা অমস্তুং কান্নবা ( বিরহ-মিলন ), থিজবা অমস্তুং ফংজবা, অমুকন্তু কায়নবা অসিনচিংবগী মশক তাকপদা শৈরেংশিং অস্মিদি তশেংনমক ফজে। চপচানা রবীন্দ্রনাথ লোই হায়বদি ওমদে। কবিবু রহস্যবাদীনি হায়বস্তু য়াদে। অদুবু থোরকইবা রাইফেগী লৈচন থরা অসিদি উত্তমত্রবা জগৎ অমগী মপাউথোল পীরকই। অসিগুম্বা শৈরেং মখীং ফনা য়ামই। কবিনা শকলি—"শক্লাইবস্তু নত্তেদো। শক্লাইদবস্তু নত্তেদো। শক্লক্লি ঈশৈবুদি খঙ্মোইগী বাণীদগী" ( শক্লাইবস্তু নত্তেদো )। থুম্বা ওমত্রিবা বেদান্তগী দর্শনগী য়াফমনি। মতাং অসিদা ভগবান রামকৃষ্ণ পরমহংসগী য়াঙা নীংশিংই— ঈশ্বরদি শক্লাইবস্তু নত্তে, শক্লাইদবস্তু নত্তে, মথংদি কনানা ফরি হায়বা ওসগনি। অদুম্না ফজরবা শৈরেং কয়া য়াওরি— ননীংমি ইবুংঙো (৩), হে-মুংশিবা (৭), হে অকনবা (৯), লানবিয় (১৭, পুন্সিগী বীসা মদীদা (১৮), মুংশিবা ইবুংঙো (২৪), হায়মুদা মুংশিবা ( ২৭ ), কৌবা ( ২৯) অরোইবা ( ৩০ ), ওকই ( ৩১ ) নিদনা (৩২), হাংবিয়ু মুংশিবা (৩৫), মুংশি-শাইতন (৩৬), লাক্লে (৩৮) অসিনচিংবা। পুন্নমক ফজথ্রবা শৈরেং তাক্তনি। অরোইবা শৈরেং—

থিজবদা (৭৪) হায়বা অসিদা কবিনা হায়জরি— শিরগদি পুন্নম মমলে। মসিমক্তা কবিগী অকোনবা শৈরেং ওইরবদি হান্নগী বহুস্তবাদকী মনম অহু পুন্সি লোইরমদাইদা মাঙথ্রবরা থন্দবা ঙমদে।

লাইশ্রম যোগেশ্বর— তংশংবা মণিপুরী কবিনি। খজিক্তং ওন্না লাইরিক অসিবু ময়াম্না পানরম্লবদি কয়ামুক য়াম্না নৈনবগী মশক কবিনা থেংনরমগদবনি। অহুবু লময়ানবা কবিশিংগী তুংথ-মাংথ ওইনা ইবীরম্বা শৈরেংশিংগী কোকফত্রবা মশক অমস্নুং মনম অসিমদি লোন অসিনা মাঙখিদ্রিবা কাওবদি শোয়দনা মাঙবা নাইদনা লৈরগনি। কবি যোগেশ্বর ময়াম্না অমুক শোম্নহৌরগনি।

ইম্ফাল　　　　　　　　　　　　　　　　　শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

২৭।১১।৯৫

এলাংবম লৈকাই

ডাঃ এল শরৎচন্দ্রদগী—

মুংশিরবা পাবুং,

পাবুংগী mss, অসি পাবা লোইজরে। য়াম্না চম্না ফজে। Romantic poet অমনা কদাইফাওবা কল্পনাগী শক্তিদা উবগে হায়বতু ঐভোন্দদি মপাল নাইদনা থোকই। অঙকপা অমা য়াওই, strangeness added to the beauty হায়বতুমক্কি হায়নিংই। লৈরাং, চেক্লা, ঈশ্বর ভক্তি অধ্যাত্মিক্কী মীংয়েং য়াওরি। পাক-চাওনা য়েংই — পাকমনখিবনা পীকশিল্লবা হোৎনবদা লাম্বা ফংদবা লোন্দা-পুদা রাখল্লোন,মফোংদোক অতু চপ চানা নৈননিংঙাই ওইখি। ঐগী D. Lit, কী শরুক্তা য়াম্না শন্দোক্লা নৈনগে থল্লি, অতুবু ঐগী লৈজরিবা লৌশিংনা য়োৌগদবা মান্দে। প্রকৃতিগী মীংয়েংদদি Wordsworth, Shelly, Keats গা নকুবা মমি পাবুংগী শৈরেংদা য়াওরি। পাবুংগী খুৎইনা Manipuriness ওইবা শক্তম অমা থেংনৈ। ভক্তিগী মতাংদদি R.N. Tagore গী গীতাঞ্জলি Aurobindo গী Bhakti concept য়াওব্রা হায়বসি য়েংশিঞ্জরি। য়াম্না শন্দোক্লা পাবুংগী লাইরিকসি নৈননিংই। অতুবু Preface ওইগদবনিনা শাংনা ইরুবগী কাম্নদে। মসিদি book review নত্তে; ঈঙ্গিৎ তৌরমগদবনি; creative art অমনি।

অরোইবদা হঙ্গৎচনিংবা ইশাগী মীংয়েংদি পাবুংগী খুৎই অমস্মুং লোন্দা পুদাদা অহোংবা থরা লৈরে। হান্নগী original work ভগী title দা ১দি রাহৈ রাতা থরদা অমুক হন্না শেমদোক শেমজিন তৌবগী মমি তারে। ঐনা নীংশিংজনিংবদি হান্নগী printed book অতুদি শেমদোকপদা originality থরদি শোইদনা মাংখিনি। মতু as it is ওইনা থম্বিবনা ফরোইত্রা? নৌনা শৈরেং ১১ থক হাপচিনগদবা অতুদদি ফজবা মওংদা শেমদোক শেমজিন তৌবদা অকাইবা লৈতে।

কবিদি কবিনি। অমুক শেমলুবা য়াত্রা? পাবুংগী শৈরেংগী জগৎ অসি নোংমদি মণিপুরী সাহিত্য লৈকোন্দা ফুগাইনা শাৎলরনি।

ঈশ্বরনা অদোম্বু মতম কুইনা, তেক্ত কাইদ হিংহনবিনবা ঙমিং থুদিং প্রার্থনা তৌজরি।

ইং ১৯১১ অসি মণিপুরী শৈরেংগী জগৎতা রোমান্টিক অইবশিংগী অরোইবা মালেমদা থোংদারকপা মতম্নী। অঙনবা মতমগী রোমানন্টিক পেরিওদ ( ১৯১৫—৪০ ) কী থুদা অমা য়াজরিবা লাইশ্রম যোগেশ্বরগী পলেম গর্ভমুংদগী মালেমদা খোংদারকপা চহিনি। চহি অসিগী মতুংদা অথেংবা মতমগী রোমান্টিক পেরিওদ (১৯৪০—৬০) কী কবিশিং মথঙ মথঙ মালেমদা খোঙদারকপা হৌনরকখি। লাইশ্রম যোগেশ্বরনা ইরোই লোইবা অঙনবা মতমগী রোমান্টিক পেরিওদকী কবিনি। মাগী মমাংদা শরুাইরবা, মীংচৎকী উরোং খিল্লম্লবা লৈখিদ্রবা কবি কয়াম্বু লৈগ্রে। মখোয় থরত্তুগী মমিং পল্লবদা পুগ্রম্বম পারিজাৎ, হিজম অঙাংহল, খ্বাইরাকপম চাউবা, হিজম ইরাবত, চিঙাথম ময়ুরধ্বজ, হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ, শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র, অমস্থুং অশাংবম মীনকেতন্নচিংবনি। মখোয় অসি ঙসিদি সাহিত্য প্রেমীশিংনা লাইগুম্না নীংনরে। অঙাংহলবু মহাকবি মীং থোম্নরে। কবি চাউবগী চামাগুবা কুমওনম্বু হুন্দক্তা ( ১৯৯৪—৫ ) চহি অমা চুপ্পা পাংথোকখরে। অসিগুম্বা কবিশিংগী মরক্তা হৌজিক হৌজিমকম্বু ঐখোয়গী ইরক্তা হিংলিবা কবি যোগেশ্বরনা য়াওবা ফংবা হায়বসি য়াম্না লাইবক ফবনি। মহাকপু ঐখোয়না নোহৌননা শকথংজরুবগী নীঙমদবা পোক্তবদি ঙমদে। ঈরোনম্নুংদা কুইনা লোত্তুনা লৈরুরবা 'মনি মতুম' অমা ঐখোয়না ফংজবগুম্বনি।

কবি যোগেশ্বর, ইম্ফালগী খ্বাই নাগামপাল শিংজুবুং লৈরক্তা ডিসেম্বর ৮, ১৯১১ দা পোকখি। ইং ১৯৩৩ দা জোনস্টোন হায় ইংলিস স্কুলদগী মেত্রিক পরীক্ষা ঙম্নকখি। মসিগী মতুংদা ইরোর হায়স্কুল ( হৌজিক্কী তোংখীম্না হায়স্কুল ) দা ওজা ওইবগী শিনফমদা চংবা হৌখি।

কবি অসি ইং ১৯৩০ (ক্লাস viii) তম্লিভৈদগী হৌনা শৈরেং খরা 'য়াকাই-রোল' ( সম্প ডাঃ নিংথৌজম লৈরেন ) দা ছাপ্পা হৌখি। ইং ১৯৩৫-৩৭ ফাওবদা ইখিবা শৈরেং ৫১ য়াওবা লাইরিক অমা, "শৈরেংগী ঈচেল" হায়না কৌবা অসি ইং ১৯৬৮ দা ছাপা নমহ্নুনা কোংখি। হন্দক্তা শৈরেংগী ঈচেল হায়না অমুক মমিং থোন্দুনা, হান্নগী শৈরেং ৫১হুগী মথক্তা ইং ১৯৪৮ ফাওবগী মন্নুংদা ইথিবা শৈরেং ১৩স্নু হাপচিন্দুনা কোংলি। মহাকী শৈরেংশিং অসিনা অঙনবা মতমগী রোমান্টিক পেরিওদগী মশক অমা তাকপদা অচৌবা শরুক য়ারি।

কবি যোগেশ্বর, রোমান্টিক কবি অমনি। মাগী খুৎই অমস্নুং খুৎফোংদোক অসি অস্নুকী মতিক চম্মী; কবিনা ফোংদোক্লিংলিবা অমস্নুং হায়নিংলিবা খম্মোয়গী রাফম খরহ্নু মনিং তৌনা গ্রামারগী অলংকারগী অমস্নুং শব্দগী থোইদোকপা য়েংদনা ইথোরকপা ঙম্মী। মঙোন্দদি চৎনবী লোন্দা-পুদাগী রাফম অসিদা মিৎয়েং থমদে ; মাগী তোপ তোপ্পা মফোংদোক অমা য়াওরি। মসিদনি মাগী লাম্বা লৈতনা ফজরিবা শৈরেংগী মশক অসি। মঙোন্দা মশক্লাইবা নোংচুপলোমগী কবিশিং রাদ'সরর্থ, শেলি, কিটস, মিল্টন অমস্নুং বাংলা সাহিত্যগী কবিশিং বঙ্কীমচন্দ্র, শরৎচন্দ্র অমস্নুং রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরনচিংবগী মমি তারি। মরক মরক্তা মণিপুরী কবি চাউবা কমলগী শৈহেকস্নু ( মসিদা লোন্দা পুদাস্নু ) করিগুম্বা মতমদা মীৎয়েং মান্নবা য়াওরকই। মসি কবিগী লাইবক থিবা হায়বহ্নুরা ? মসি মতৌ তম্বা নত্তে ; খম্মোয়দা ফাওখিবা য়াকাইরোল শক্লিবগী ( মণিপুরী সাহিত্য ) মমি অহ্নুনি হায়নিংই। মমহ্নুনা লৈরুরবা মতুংদা অনৌবা সাহিত্য অমা শেম্বদা খুংমাবা কবিশিংগী থৌদাং য়াম্না চাওই। মসিদা অইবশিংগী দান অসি মমল নাইদে। অসিগুবা চিরবা তাক্লা অসিদা কবি যোগেশ্বরনা "ভূগোল অহানবা" ( ১৯৩৭ : ক্লাস iii-iv গী তম্নবা লাইরিক ) ইরবগা লোইননা

শৈরেংগী জগৎ অমদা লৈরম্বসি অতাংবনি। মহাকপু ওসিগী তাইবগুনা নৌহৌনা খংলকপদা লাইয়রবী মণিপুরী সাহিত্য ইমাগী অল্লাবা ময়েং তাহল্লে হায়নিংই।

যোগেশ্বরদি কবিদা কবিনি। কবিনা কল্পনাগী জগত্তা লুপখিবা মতমদা সংসারগী অওইবা পোৎ খুদিংমক্তা অনৌবা, অঙকপা ফংনা ফজরবা মচু কয়াগী লৈতেং শিজিন্নদনা পেনখিবা য়াওদে। মসিদা ঙাওজবা পামজবসু কবিগী হৌনশানি। কবিগীদি শৈরেং ইবনা মাগী পোত্থাবা ফংজে। রারবা মতমদা শৈরেংগী লাইরেম্বীবু নীংশিংলকই। মতমসিদা কবিনা হায়রি : ( "থম্মোয়মুংগী পোত্থাবা" )

থম্মোয়দদি চন্দোন চাইদরে/চান্নবীগী মুংশি মীনোক্লা ;
স্বর্গগীদি মরুপ তুম্বনসু/খুৎলাম তোইনা কৌহ্রনা ;
মহাক্কীদি চিক্লবা মশাইগোন্দা/ঐহাক্কীদি কাইদোংফম পীদরে ;
(১-৬)

কিটসনা হেমন্ত ঋতু স্বাগৎ তৌবা, শেলিনা স্কাইলার্কপু কল্লকপা" রাদ'সরর্থনা চিন্নদনা কেনগ্রবী প্রকৃতি—মুজা লুসিবু মুংশিজবা, কবি চাউবনা রাকচিংগী লৈরাং অমগীদমক তেংথাবা, ডাঃ কমলনা নীংবা কায়বগী শৈহেক্তা স্বার্থত্যাগ তৌখিবা পুম্নমক অসিবু কবি যোগেশ্বরনা নিংশিংদবা নত্তে। কবিনা উরিবদি ত্যারিবদি—লমথুমুগী কু·কু কু শৈহেক, হারি নোংনাংগী নি·নি খোম্থাংনা লাইওইগ্রবা পলেম পম্মোগী শক্তম-মমি তাহল্লি। পুন্সিবু নীংবা কায়না কপহল্লি। কবিনা ইরি : ("হে মুংশিবা")

থরাইনা কপলি/হিকলি শোক্লদি
থিরি নহাকপু/পাক্লা লম্মাংদা।(২৪-৭)

অমুকসু মথা তারি :

খ্বাইদগী মুংঙাইবা পোত্থাবদি/খ্বাইদগী অল্লাবা তেংথারোল্লি।
( নোংয়িনবু ওকপা ১৫৩-৪ )

রাফম অসিমক্তি শেলিগী 'Our sweetes tsongs are those

that tell of saddest thought' (৬0) 'To a skylark" অতুগা মান্নবা লৈ।

কবিগী পোলোইদি অশিবগী মীৎয়েংনি। প্রকৃতিগী পোৎশক অমা উরুরগস্সু নত্রগা চেক্লা অমগী শক্তম নীংশিংলুরগস্সু তাইবঙ মপুবু থম্মোয়দা ঈরাৎচবগা লোয়ননা অসিবগী রাখল অসি পোক্লকই। মীওইবদা তোন্দুনা লৈরিবা 'অশিবা' হায়বসিমদি খক নাম্মোক্নুনা চেনবা ঙম্মোই। কনাগী নুংশিবা ইচা ইশু-মরি-মতা পুম্নমক লোইনা থাদোকুনা অমুক হন্না শেম্বীরকপা মপুগী মকমদা চংজবা তাবনি। সেক্সপিয়ারগী মীৎয়েংদদি পুন্সিসি ফম্পাকথক্তা শান্নরিবা চরিত্র অমনি। অতুগা কবি যোগেশ্বরগী মীৎয়েংদি "শিবা" কৌবা শৈরেংদা উৎলি।

এঃ হে শিবা! নঙনা নোংমা ঐগী/খৌনাওদা ফম্নবা মতমদুদা তেক্কোৎনা কুপশিন্নবা থাউমৈগুম/মুৎচগদরা ঐস্সু ইথস্তা। (১-৬) অশিবগী রাহংদি হংলি শিবগি মীৎকুপতুবুস্সু ঙাইরি? অতুবু য়োৌগদবা থুংলুগদৌরিবা পম্বুংদি কদাই? ঐখোয়না মখা তানা য়েংখিবা তারি।

পাবুংগী—

ডাঃ শরতচন্দ্র লোঙজাম্বা
রিসার্চ স্কোলার ডি, লিট (রোমান্টিক পোইট্রি)
দিল্লী ইউনিভরসিটি।

শিংজমৈ থোঙাম লৈকাই ইম্ফাল
জুন-২৯,১৯৯৫, (শগোলশেল)

# ৱাহৈ খরদং

"পুনবা ঙম্মি নংগী য়োংহল্লিংনা অরানবা,
ঐগী তোংশা শদোংবু অথোৎপা
ঙম্মোই নংনা পুনবা ঐগী পুকনিংবু
নিংতম্না ঙাল্লিবা ঐগী ৱাখলবু।"

শৈরেং মতেক অসিগী ৱাখল্লোন য়াওবা 'নিংতম্বা' হায়বা শৈরেং অমা, ঐহাকনা ক্লাস আইট তম্লিঙৈদা খৃস্ট কুম ১৯৩০ গী গান্ধিজীগী নিংতম আন্দোলনগী মৈথু মৈৱক্তা, ইখিবনি অমসুং মতম অদুগী মমিং লৈবা লুচিংবা ডাঃ লৈরেনগী মচিনথৌবা য়াকাইরোলদা ফোংখিবনি। মসিনা ইহান হানবা ঐগী শৈরেং ইবা হৌখিবনি। হৌজিক্তি মাংখ্রে শৈরেং অসিগী লীখুন 'য়াকাই-রোল' মাংখিবগা লোয়ননা।

"শৈরেংগী ঈচেল" অসিগী মশাদা অহানবা শৈরেং ৫১ দি খৃস্টাব্দ ১৯৩৫ অমসুং ১৯৩৯ গী মনুংদা ইবা লোইদুনা খৃস্ট কুম ১৯৬৮ দা 'শৈরেংগী ঈচেল' হায়না মমিং থোন্দুনা শৈরেং ৫১ খক প্রেসতা পীশিন্দুনা নম্বা লোইখি। মসিগী মনুংদা শৈরেং খরদি খৃস্টকুম ১৯৩৫ গী মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী ফমখিবা অহানবা অধিবেষণগী অহৌবা অফোংবা সেসন্দা পিখৎখিবা (১) "নোংয়িনবু ওকপা" (২) "দুর্গা পূজা" (৩) "লমথুনু" অমসুং (৪) "খাগী সুংশিত্তা হায়বা শৈরেংশিং— অসি পনবা য়াই। অদুবু সেসন অদুদদি "নোংয়িনবু ওকপা" হায়বা শৈরেং অদুতমক পাথোকখি। খৃস্টকুম ১৯৩৬ ৩৭ তা ইখিবা শৈরেং "ঐবু কৌগনু, সাধু" ইণ্টরমেডিয়েৎ আর্টস ক্লাসতা তম্নবা মণিপুরী টেক্সটবুক্কীদমক পরিষদনা ফোঙবা

খনগংপা শৈরেং হায়বতুদা খনগকু না আই এগী টেক্সটবুক্তা য়াওখি। হৌজিকপু অহুম ইকুই কুইদনা হায়রিবা টেক্সটবুক অসিগী অনিশুবা খুৎনম হন্দক্তা পন্বিষদনা পুথোকখরে। মথক্তা পনখিবা হান্নগী শৈরেংশিং অসিগী নমননবা, মতম অতুগী খনগৎপ্রবা শৈরেং ১৩ দি অহানবা হোৎনবতুদা য়াওহৌবা ঙমহৌদতুনা হন্দকমুক অপুনবা মপুংফাবা লাইরিক অমা পুথোক্নবা হোৎনবসিদা য়াওননবা হোৎনরি। অতুনা হন্দক ফোংজরিবা "শৈরেংগী ঈচেল" অসিদা অপুনবা ওইনা শৈরেং ১৩ হাপচিন্দুনা পুন্না শৈরেং ৬৪ গা অমুকসু মতুগী মথক্তা হৌভিক ফাওবদা ইরকপা অনৌবা শৈরেং ১০ অমগসু হাপচিন্দুনা অপুনবা শৈরেং ৭৪ গী লাইরিক অমা ওইনা পুথোকচরি। হাপচিল্লকইব শৈরেং খুদিংমক খৃস্টাব্দ ১৯৪৮ ফাওবগী মনুংদা ইখিবা ঙাকুনি। হায়বদি ঐহাক্না রাজ্য নিতিদা অকনবা খোংথাং থাংজিল্লিভৈগী অমসুং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনারেল সেক্রেটারী ওইরিভৈ ফাওবগী মনুংদা ইখিবনি। মসিনা অঙনবা মতমগী শৈরেংগী মশক অমা পুথোকপদা য়াকাই-রোলগী মমি তারগত্রা হায়বসিনা অইবা ঐগী সাধনানি।

মতাং অসিদা নিংশিংবা য়াবা অমদি মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদা ইমান্নবশিংনা মপান্দা লাইরিক তম্বা চৎনপ্রবদা ঐঙোন্দা করিগুম্বা থব্না তৌনিংবগী অকনবা ইথিন অমা লাকলমই। মণিপুর হায়রিবা ষ্টেট অসিগী লম্মিং তুম্মিংকী ভূগোল লাইরিক অমতা লৈরমদে। আসামগী সিলেট কাছারগী লম্মিং-তুমিং তু-খোং পাৎকী লাইরিক ঐখোয়গী পিকলিবা অঙাংশিংদা তম্বিরম্মী, অতুগা ঐখোয়গীনা নোংমাইজিং চীং, লম্ফেলপাৎ, ইম্ফাল তুরেলগী হৌরকফম অমসুং লোক্তাকী মরমদা ঐখোয়গী অঙাংশিংদা খংহন্দনা

থনমই। মরম অসিদগী মণিপুরগী ভূগোল অহানবা অনিশুবা লাণ্ডাওগী মমাংদা ফোংখি। মসিমকনা ঐখোয়গী ঈজ্জৎ থন্না মখৈদি হেঙ্গৎলি হায়না লৌবা য়াই।

৬। ১২। ১৯৯৫
পোইন্নু পূর্ণিমা।

লাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহ
নাগামপাল শিংজুবুং লৈরক, ইম্ফাল

# হীরম তাকপা

# অরানবা চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ২৬ | ১০ | থংমণ্ডপে | থংগুমপে |
| ২৭ | ২৩ | অচুম্বা | অসুম্বা |
| ২৯ | ২৫ | খুঞ্জবনবু | কুঞ্জবনবু |
| ৩৪ | ১ | — | অহংবা খুদম য়াওরোইদবা |
| ৩৬ | ২৪ | ময়ুমদা | ময়ুমনা |
| ৪০ | অরোইবা | ত্তিনথয়ে | ত্তিনথরে |
| ৮১ | ৭ | অহাণ্ডবা | হুকনি করম্না |
| ৯৬ | ২২ | নহারাজদি | মহারাজদি |
| ১০০ | ৭ | মতমদনা | মতমনা |
| ১০৮ | ১৮ | মফম | মতম |
| ১০৯ | ৬ | শ্রীজন্নাথজী | শ্রীজগন্নাথজী |
| ১২০ | ২ | মথক্কী | মহাক্কী |
| ১৫১ | ১৮ | অক্সবা | অক্নবা |
| ১৫৫ | ১১ | হিংস | হিংসা |
| ১৬৭ | ১৫ | ত্তেক | মত্তেক |
| ১৬৮ | ১ | খুদিংনি | খুজিংনি । |
| ১৭৫ | শৈরেং মশীং | ৭৫ | ৭৪ |

# শৈরেংগী ঈচেল

## ১

## থম্মোয়মুংগী পোথাবা

চান্নবীগী মুংশি মীনোক্না
থম্মোইদদি, চন্দোন চাইদরে,
স্বর্গগীদি মরুপ তুম্বনমু
খুংলামনিদি তোয়না কৌহুনা,
মহাকীদি চীক্ল শাইগোন্দা
ঐহাকীদি কায়দোং পীদরে,
পোথাকমনি ঐহাকী শৈরেং
ঐগী থম্মোয়মুংগী শৈরেং

---

২

## লমখুম্বু ওকপা

স্বর্গদা থা তরুক চাকতানী !
মালেমদা থা তরুক খোংদানী !
স্বর্গদা লৈবা মাখোয়গী
কোলোয় মপাও তম্বরা ?

লমগী চেক্লা মুংশিবী !
কালেন মমৈ ওইরকপা
নিংথম মকোক চংলকপা
চেক্লা নংবু লাকপরা !

নংগী 'কু কু' খোঞ্জেল তারগা
পুকনীং খোয়দাবা ঙগদরে,
মাংগী শকফম লেপ্তুনা
অরাবা রারী লৌবরা ?

হাদ চেক্লা মুংশিনী !
নংগী খোম্থাং য়োঁঙমদববু
অরাবগী তেংথারোম্না
নংগী খোনাও ফুনশ্রবোই !

মিৎলু নাপোম অনিদা
পিগী ঈরা চেনবদি
খোঞ্জেল্লা য়োঁঙমদবা শৈশক্কু
কপ্পতনা শৈথুংই তাকইবোই !

ঢারোবা খোঙ্জেনগী মতৌঙম
পেন্দবা খোঙ্জেনগী নাওংঙম
চেক্লা নংনা রাকৎপবু
কৌবদনা সুংঙাইবনি তাকইবোই !

ঐবু পোকপা পম্থোনা
লাংবনগী থৌগংলবা সুমাংদা
চেক্লা নংনা খোংলগা
লাইজ খুজোক কৎলম্মী ।

নোংদোন্দা লৈবা পম্থোনা
লাইজ ঈথৌ লাংবনা
মালেমথক্তা লাকুনা
লাইজ ঈরিক নিবক্না !

য়ুমগী ইথোল মতোন্দা
থায়নগী অমনবা শঙ্গোই'থক্তা
চেক্লা নংনা কৌবদো
লাইজ ওইনা কচ্চগে !

পম্থোগী সুমাং মথৌবুং
কালেনগী মৈশানা চাক্লবা
হৈদোকচগে লাইজদি
চেকলা নংনা ঈংবিবু !

হায়বিয়ু চেক্লা মুংশিবী
মীওইবগী মপোক্তি

কপননবা পোকপনি
রাননবা লাকপনি !

থায়নদগী শকলকই
হৌজিকসু অসুম শকখিনি,
মাংগী শকফম খঙ্‌লগা
তুংগী কয়ম্না লেপকনি !

অঙকপনি নংগী শৈশক
অঙনবা অয়ুক্তা চেল্লাও !
অহৌবা শৈশক্তা কুঙশিল্লি কু-ক্রু,
লাপথোকই মথং তাবদা কু-কু-ককু।

হায়নরি কনানা কোকিলবু
শকই ইশৈদি খোম্থাং মঙাদা
অদুবু তানবরা নহাক্তি
শক্লবা ইশৈ খোম্থাং তরেস্তা ?

চুম্বরা নংবু হায়নরিবসি
মরী লৈনবনি মীওইবগী খুন্নাইগা ?
থায়নগী অরীবা ফুঙ্গা রারীরা ?
মী, লাই শম্নরিঙৈগী চক্নী রারী-শিংবুল্রা ?

শৈথাবরা মীওইবনা নংবু ?
উবদা লীচং শাজং নহাকী
মান্নবদা তেংথা খোম্থাং অনিগী
অচুম্বনি হায়বসি অহুদা !

হরি নোংনাং কৌবী মাঙম্বী
ঊচেক হায়রে পীকমনবি
তীন হায়রে চাউমনবী
মখোন্না রাংবদা লময়ৌবী !

চুম্বরা হায়নরিবা অসিবু ?
মপোকনি নহাকসে হরিনোংনাংগী
মান্নবনি শায়োন্নসে শন্দ্রেম্বীগা
থাজনিংঙাইনি রাহৈগা খুৎকা মান্নরে ।

হুংশিবী চেক্লা নংগীদি
তাইবংনা খোংদান্নিবা মালেমসে
শাইদাংফমনি মতিক চান্নবা
হায়বিয়ু ঐগীদি কদায়দনো ?

৩

# ননীংনি ইবুংঙো

ননীংনি ইবুংঙো,
শাগেম্সু ঙমদে,
শারোইস্সু ঙমদে,

শান্নপোৎনি ঐদি নহাকী
থাবীবা তান্দা নহাকনা
শাজননি ঐনা জগোইদি ।

নহাক্কী হুংশিবা
কাওইদো ঐঙোন্দা
নহাক্কী হুণ্ডাইবা,

লৈরিদো ঐঙোন্দা
শারগা জগোই
নয়াথং ভুংইন্না ।

---

৪

## দূর্গা পূজা

হে ইমা লাইরেম্বী,
দোলাই অঙোবা তোংহুনা
শনজিং চীংগী চীংদোন্দা
নহাক্কী দোলাই থমবা ?

শংবান্নবা অত্যাদা
থবি মযুম শাবদি
নহাক্কী শমজিরৈগী মঙাল্লা
(নঙগা:) নংগী নিংথিবা মায়থোংদা ?

নোংদোন অত্যা পক্লা
মালেম পৃথি খেংনা
কজবা চুমথাং থনবদি
হেলোই তরেংকীথোগামা ?

লাংবন মমৈগী লৈচিন্দা
থাজদবা নোংথাং কুপ্সদি
ল্যাই-হিংচাবগী মমাংদা
থাংগী জগোই শাবরা ?

তুমিদাংবাইগী লৈচীন্দা
চিকমাংনবা শঙ্গাইশেল্লা
নোংমদোন অত্যা মকোয়দা

কোইচেন চেন্দুনা শান্নবদি
নংগী তা মতোনগী মৈরিরা ?

শরতকী থাজিনগী লৈচিন্দা
থাজদবা নোংখোং তাবদি
নহাক্কী শাদোং নোংশানা
ভরং ভরং ভংবরা হরাওহনা ?

বরিষা মমৈগী নোংনা
মালেমথম্না চুবদি
নহাক লাকনি হায়বগী
মালেম পৃথি চামথোকপরা ?

হিমালয়দা থা তরুক লাইনিংবী
মর্ত্যদা থা তরুক চাক্তাবী
থমব্রাংচাকনা খোংনেৎ ওইহনা
মালেম ভয়া কুম্নকপরা ?

লমখুন্নু কোৱী চেক্লানা
পামেল ফৈয়াথক্তা তোংহনা
কূ কূ খোংবদি
নহাক লাকই তাকপয়া ?

লাংবনগী ফৌনানা লেংবদা
ঈথক ঈপোম হৌবদি
নংগী খোংল থবাক্তা
লোইরমদাইগী মালংবনা
নৌনা য়াকায়রবরা ?

শংবাক্সবা লাইজদা
শংবাক্সবা থরোনা
হাইনা হন্না শাংপদি
অনিগী খোগল জগোইরা ?

---

## ৫

# য়াচং-লৈমা

চাউদস্বী শাংদস্বী নিংথিবী দৃস্তিমা
ভাঙ্‌াবা মুরৈবা নাপুগী মচুনা
মচুদি চামনা কোম্লপা শেক্তুনা
পায়হনা খুবামনা কোরিস্ক্সী কস্থিবু
থাগৎলে মৈবুন্দি নোংচুপকী স্নখোংদা
ওকচয়ে লৈমবু য়াচংগী স্নাণীবু

ভক্তদি লৌশীংনা লোইন্দি কোটিনা
মন্দিরদি খুদীংদা মাইগৈদি তরাদা
খোঙ্গেনদি চামনা ইনিন্দি নিঙ্গরি
জয়বুদি ওইবীয়ু তাইবংগী নিংথৌও
শিন্নরি নঙোন্দা অহিংগী অচৌকপা
য়াকাইও ইশৈদি থৌগল্লি তত্তনা

মালংও পূজারী সেবাদি চংজরে
চামর-ও থৌগল্লে মাইগৈদি খুদীংদা
হঙ্গরে ইশৈদি খুমজরে ময়ামনা
ফীজিও ফীনাদি থৌগল্লবা মখোয়না
লৌরুরে ধূপনমদি তাইবং-ও পুকৈগী
য়েঙ্গরে মনমদি ওকচরে য়োইহেনবু।

থাইনবা মৈচাকনা মায়থোংদা ফাওরবী
তাইজবী চেংলৌদা অচৌকপী লাইবক্তা
অরাবা লৌশীংদা অনীংবা অমত্তং
তোপ-তোপনা লাকপগুম চিকপকনা ঙানবগুম
নমজরে সিন্দুরদি নোংচুপকী দৃত্তিনা
পিকতকনা অমত্তং নিংবনা থল্লবা।

৬

# নোংয়িনবু ওকপা

নোংগী তুংয়িন ইঙবী,
নোংমদোন অতিয়া চাকতাবী,
লৈচিল্লা শান্দা লেন্দা তাবনা
অতিয়া ওমথৈ তাম্বনা
চেক্লা নপাও তাদরে
পোম্বী নশক খওদরে

থানিন লাকলে হয়াওবী
থাসি লাকলে কপচেৎপী,
লাইরৈবাকনা ওাল্লকপা
লাইরৈবাকনা মমলকপা
চেক্লা নংনা নোকপরা ?
পোম্বী নংনা কপ্পরা ?

নোংদোন্দসু পাইখত্তা,
মালেমদসু তারক্তা,
মরক্তা নংনা লৈববু
থাগী অমৃত য়াবরা ?
অতিয়া ওমথৈ য়োঁদ'দি
গ্রহ মাপল কিঁবরা

নক্ষত্রগা নশা শাইগন পিকপরা ?
মালেম থক্তা লাক্'দি,
তাইবং মীওইবা ঐখোয়গী
অরা অনাগী মৈশা কিবরা ?

নোংদোন কবিগী চেক্লা-ও,
সুংশিরবী থরায়-ও,
অতিয়া মপুং য়াকঙদা
থানা থঙুরী য়ৈরগা,
রুহিণীনা তান থারগা,
নংনা ইশৈ শকপরা ?

ফুইনা হৌবা নোংলক্তা
নোংথাংনা জগোই শাবদি
তয়াং তয়াংবা নখোংনা,
কোয়চেন চেন্দুনা শান্নবরা
নত্রগা কেকু লোৎপী শান্নবরা ?
সুংশিবী চেক্লা অয়াংবী,
করম্না শককম লেপ্পুগে !
করম্না নপাও তম্মুগে ?

নংবু যুগ্নী লাইরেম্বীরা !
নশা খপ্প-খপ্পত্তুনা
নোংপোক নোংদোন মদায়দগী
নোংচুপ নোংদোন মদায় য়ৌবরা ?
নোংদোন লাইরৈবাক্তগী
নোংথাংনা কুফেৎ ঙানবদি ।

নশা অনি খেংনবগী
মৈরী চামা পাইবরা ?
তাইবঙ মালং ঙানবরা ?
ঙুরুং ঙুরুং খোঙেল তাবদি

অনি থেংনবগী মখোল্লা ?
শক লেপ্তবী চেক্লা-ও,

ঐগী মিৎপু ওকহনবা
নংগী চেংলৌ উহন্দবা
নংগী ঙাইহাকী মঙাল্লা ?
লোশিংগী মশাদি উদনা
থাওমৈগীদি মৈরীনা মায়গৈ মরিদা শনবগুম
মুংশিবী চেক্লা নহাকম্থু

স্না ফুদোংবা নশাগী
মঙানগী মরক্তা লোৎপরা ?

নোং হাংপ্রবা মতুংদা,
মুমিৎকী মঙাল মশেকনা
উনা বানা লৈশু' থক্তা
ইরং লংনা তাবদি,
অশংবা নাপী 'থক্তা
অচিংগী লীক্লাদা
মুমিৎকী মঙাল য়ৈবদি
সনাগী লিকলাং পরেংনা
চোইজাইননা তাব'শুন্নি।
মুংশিবী চেক্লা নহাকম্থু,
অমুক য়াম্না মকজৈ,
অমুক য়াম্নাময়াংজৈ।

মুমিদাংবাইগী লৈচিন্না
শকলোন চামা পুহনা,
নংগী নতুং ইনবগ্না ?

লূরবা মুংখিলগী মতমদা
থরাম্বিচাক অমনা,
নোংদোন কোয়ৌ থক্তুদা
লোক্তুনদি লৈবগুম.
নংগী নশক্তি উপরে
অত্থবু তায় খোঞ্জেন্দি।
নিংশিংহল্লি নহাকপু লেংদবনি।

নোংপোক্পী শজিকনা হুন্দোরকপদা
অঙিংগী নিংখিবা থাজনা.
মহাক্পীদি মঙান মশেকনা
তাইজবী অয়ুক্পা তিনবদি,
লৈরম্মী হায়বদা পেম্নরে,
মশক উবদি ক্ষংলকতরে।
মুংশিবী থরায় নংবুম্বু
নিংশিংবদা মঙায়রকলে।
নোংদোন' অতিয়া থক্তুদা
লৈচিন নোংক্ষাই মরক্তা,
লোংলিবদি থানিম্না,
মঙাল মশেক চামানা
মালেম থক্তা চাইথরকপদি
চেক্লা নংগী মুংশি ইপোমলা ?

মুংঙাইবদগী পোকলকপী
স্বর্গদা য়োকপী থরায়-ও
রাথল মঙাল মরুমদা
উহল্লনা কবিনা

শৈরেং শৈশক হেক্তুনা
নিঙাই থওইরমদবা তাইবঙবু
মুংশি অকি পোকহনবগুম
লাপথ্রবা নোংদোন থক্তগী
নহাকী মুঙাই ইপোমদা
নহাকী ঈশৈ শৈহেক্লা
মালংদা ইপোম হৌরব্রি।
মুঙাইবতা মঙাইয়ে।

চীক্ল চীংগী চীংমুংদা
উনা 'মুংদা লোৎলিবী,
তামনা কৌবী চেক্লাগী
"তাম তাম" খোঞ্জেম্না ?
লোইবী চীংখোংদা তাবগুম
মুংশিবী নংগীসু
'তিয়া মপু' য়ায়দা মাংবরা'
পাকনা শনবা মালংদা

চম্পাগী ফজবা মায়থোংসু,
মনানা য়েক্লবা ওইহনা,
তাইবং মিৎনা উদরে ;
'হবু মালংবনা হুমহনা,
মুংশিবা লৈনম য়েনবদি,
কনানসু খিংলুদে।
হা চেক্লা নহাকসু
চীক্ল তাংলো থেংবদা

থাজগী কাদা ফমছুনা
নংগী ঈশৈ য়েনবরা ?

বরিষাগী মতমদা
উরক ৱারক নাপী মোংশোং'রক্পা
নোংগী খোঞ্জেল তাবস্থু,
নোংঙাল্লমদাই মতমদা
নোংদোন 'তিয়া থক্তগী,
উনা ৱানা লৈত্ত থক্তা,
লীক্লানা তাবা তাবস্থু
পুম্নমক মুডাই, ফজে ঈংই
'ত্থবু নংগী ঈশৈনা মহেল্লি।
ৱাংপা কৌববু লৈতেদো।

তাম্নাগী খোঞ্জেলস্থু তারুরে,
কোকিলগী পঞ্চম স্থুরস্থু তারুরে,
পোম্থাগী শৈশকস্থু তারুরে,
মীগী পেন্নবা ফাওবা শক্লে,
অদুবু খোম্থাং অমা ৱাংলি।
মদুদি নঙোন্দা শুরি।

সুংশিবদগী সুংশিবী,
ফংঙমদবা মপোক্লি
নহাক্কী লাঙোনসে
লমইন পেনা কয়ানা
চীরোল ঈশৈ থৌগনব্রে,
অপাম শৈশক কয়ানা

নংগী থম্মোই শুমদরে,
অহৌ পুংজাও কয়ানা
মীহৌ পুংখোল খিন্দরে,
ননীং তম্বা লাংঙোন্দা
তাইবং মৈশা লাংদরে।
অরা অনা লাক্তরে।

শিবা হায়বত্থু নঙোন্দা
শক খঙলমদবসু য়াইদো,
অরেম্বদা মীওইবনা
মাংনা কদাইনো থিরিদো
তুংনা কদাইনো খল্লিদো ;
তৌইশুম্বসুং চেক্লা-ও
নংদি করম্না লেপ্লগে ?
হায়বিয়্ চেক্লা মুংশিবী
খ্বাইদগী মুংঙাইবা পোথাবদি
খ্বাইদগী অরাবা তেংথারোম্নি।

মীওইবগী মপোক্তা
মালেম পৃথি থকসিদা
মুংঙাইবনা মপুং ফারমলবদি
নত্রগা ঐগী ঈশৈ মতোন লোম্নমলবদি,
মুংশিবী চেক্লা নহাক্কীদমক
ঐগী মিংলু নাপোম অনিদগী
চেল্লমলোইদবনি শিগী ঈরা
মুংলমগদবনি শিগী জিখুম।

সোরারেনগী শৈহনবী,
নংগী ঈশৈ ইপোমনা
নোংদোন্দগী নোংদোন্দা
গ্রহদগী গ্রহদা
থরানদগী থরানদা
নংগী থোম্বাং য়ৈবগুম
মালেম থক্তা লাকপিয়ু
ইংহল্লু পুক্নীংবু কনাম্মী
চুপহল্লু থরায়বু ঐহাক্কী।

লাইরেম্বীগী কাদা
সনাম্মীদি তাংবলদা
থম্মোইনদি ঐহাক্কী
নোংদোন তম্না পাইথংলে,
চুপচগেদি হোৎনক্লই
নহাক্কীদি কোলোয়বু,
অমুক তন্না তারক্লে
নহাক্কীদি থুয়াদা:
শীনবীয়ু শৈশক্তি
থোরাংলবা ঐভোন্দা
নংগী শৈশক লাশীংদা
মরিক মতং ফংবদা
মালং অসি ঈংগনি
নহাক্কীদি ঈথোদা।

৭

# হে-মুংশিবা

হে মুংশিবা,
নিজদে নঙোন্দা
নহাকী থৌজাল
হায়জদে নঙোন্দা
নহাকী রূপা।
পীবিয়ু পাঙনবা
তাকপিয়ু ঈশৈবা
ইত্তোমবা চৎনবা
নহাকী নাক্তা।

করিনো মুংশিবা,
য়ুথলদি অপাম্বগী
লীশীংদি লাশীংনা
খঞ্জিল্লে ঐহাকপু
নশকম্মু উদল্লে।
হেল্লিবমথৈ অপাম্বহ্
মমশিল্লকই ঐঙোন্দা
লাপথোকই নঙোন্দগী
খল্লিবা মথৈ নকশিনপে।

করিনো অথোবা,
থাক-খোংলগা মুংশিংনা
অচৌকপতবু ওাইবগুম
অমম্বা অহিংনা
অঙানবতবু থিবগুম ;

থরায়না হিকলি
শোকনদি কপলি
খিরি নহাকপু
পাক্ল লম্মাংদা।

---

৮

# ঐবু কৌগম্নু, সাধু

( ইং-শোক ১৯৩৬-৩৭ দা ইখিবা )

শাঁডেলগী শয্যা শেমদুনা
ফরাংজি ফীবুম তিংদুনা
রেশমগী মোস্তেক থাদুনা
ধূপ, থাউমৈ থাদুনা
মুংশিবা কোলোয় শক্তুনা
মালা জাপ ভৌদুনা
সনাগী মন্দির 'দুংদুনা
ঐবু কৌগম্নু, সাধু।
চকচাংদা গেরুরা ফিজেৎনদুনা
লাইবক্তা চন্দোন য়েক্তুনা
লুগুন মচা থাংদুনা
নিংথিবা উরিক শিদুনা
জা-চন্দোন চাইদুনা
প্রভু, প্রভু, হায়দুনা
খোঞ্জেল য়াংনা কৌগম্নু
ঐবু কৌগম্নু, সাধু।

খোঙ্গেল অহৌবা তারগা
কিবনা থক থক নীকইদো,
তৌবা ওম্বা উৎলগা
মরুমদা থুপ্তুনা থাংলিদো।
লৌবুক তাম্না কুমলকউ,
নোংজু মুংশা থাক্তুনা
শজিবু থাগী থামৈদা
লৌবুক লৌরি য়াল্লিবা
য়োৎলৈ নোংথাং শারিবা
হুমাংগী ঈরি চেল্লিবা
চরৈ নিংগ্রী শেৎলিবা
(মখোয়গী) লৌতাংশংদা ভাইরমগে।
কবুলিয়া মখোংদা লাকচৌও,
নোংমা কোরৌ চুম্নবু
শউন নোইহুনা লেল্লিবা
মখোয়গী মরক্তা কয়মগে।
কালেনগী শারবা শোরোক্তা
উফুলনা নৈম হৌবদা
অহাঙবা খোঙনা চৎলিবা
ভিক্ষাগী ঝুলি য়াল্লিবা,
নোংমগী চরা থিল্লিবা
চাকনিবগী য়ুমদা লাকচৌও
'অয়ান-থুভম' হায়হুনা
কপ লাউহুনা কোয়গনু,
উমংদা চৎতুনা নৈগনু,
লাপনা চৎতুনা থিগনু

১২

# হৌখিবা শকতম

লৈনা লৈনা চৎলি চহিনা
বসন্ত অমদগী বসন্ত অমা
শরৎ অমদগী শরৎ অমা
অম্মুম্না তত্তুনা ওল্লি ঋতুনা।
মুমিত্তগী চয়োল, চয়োলদগী থা,
থাদগী চহি, মথং মথং
চংশিল্লকুনা নোংম নোংমগী
অকাউবদা লূপ্পী:
হয়েংকয়া হৌখরে
ঋতু কয়া ওনখরে,
মুমিং কয়া থোকখরে
থা কয়া তাখরে,
অম্মুম্না মতমনা লেপ্পা নন্ত্রি।
'তিয়াগী শংবান্নবা ফীজংগা
মালেমগী অশংবা গালিচাগা
লাপ্পা তাম্না মঙান মশা ওইনা শম্নখিবগুম
মাংগী শামখিবা মূর্ত্তিগা
অনৌবা শকলোনগা শম্নরি।
মিকুপনা পুংজাদা তিনবগুম
পুংজানা যুগতা লুপখি'গুম
হৌখিবা শকলোন চামনা
অনৌবা শকলোন্দা তিল্লরি।
লৈরম্মী ঐনা অচুম্বা তাইবং অমদা—

কল্লক-য়েংথি লৈতবা ঈচম চম্বা
ইকাই-ইকি খংদবা ইহাং হাংবা
অকে অমৌ লৈতবা ইঙাও ঙাওবা
অরা অনা খংদবা ইকুং মুংঙাইবা
চাউথোক-লাকথোক হৈতবা পুংভিং-ভিংবা
ব্রাঙাং কোচি থাংদবা
মতেক মতেক ঙাংজবা।
শান্নরমই ঐনা নীংতমনা
পলেমগী মোল্লবা তম্পাক্তা :
মাহুনা ওইরমই
ঐগী মালেম।
পলেমগী নিংথিবী চেংলৌনা
ঐগী স্বর্গ ওইরমই,
পলেমগী খোমলাং 'নিনা
কুমগী নোংনা চুবগুম
ঐঙোন্দা 'মৃত পীরম্মী।
অসিগুম্বা মতমদা
মপানগী লান্না মমুংদগী কল্লম্মী
মপানগী শকলোন পুহনা
মমুংগী শকলোন লেপলম্মী।
ইমাগী তেংথা নাওই তারগা
ঐসু তেংথারম্মী,
ইমাগী হরাও মীনোক উরগা
ঐসু হরাওরমই।
শিবগী অহৌবা পুংখোল তারগা
ঐনা খোইনা নাচুংলমদে

( ঐগী ) লাইফদিবী মাংখিংগুম্মী
বরিষাগী নোংনা চুরম্মু
ঈকুংকী খোঞ্জেল তাবম্মু
ঙাঙ্‌্রানবা অয়ুক্তা
পামেল থৈরা থক্ত্রদা
অয়ুক্কী খোঞ্জেল চামনা
নাকোংদা শৈরেং লেংবম্মু ;
মচু চামগী লৈরাংনা
মপুগী লৈকোন থনবম্মু
মহৌশানা শকলোন পুবম্মু
ঐনা খোইনা খৌশারমদে :
অরা-মুঙাইগী ফজবা অথিবগী
ঐঙোন্দা থোইনা ফাওরমদে।
অচুবু নরাগী অচিকপা থুগাইরকপা
ঐনা কপ্তুবা ঙমলমদে।
নোংদোনগী খোঞ্জেল ওইরবম্মু.
মীওইবগী য়ারা ওইরবম্মু
অহৌবা অরাউবা তারগা
খংপেক খংনা কপলমই।
কাং মতম ওইরকলে,
খোইনিং খোঞ্জেল তারকলে,
ঐবু পোকপা পম্বৌগী
চহিগী কুমওন ওইরকলে,
খাইনবগী লৈচিম্না কুপলম্বা
লংলবা মুংশি খুঞ্জবনবু
ঙাইহাক্তংগী উৎলমই।

কদাইদা চৎগ্রে তাইবং অদো—
থোৎলবা, মেংলবা, চমলবা, মুংশিরবা
পুবিরকলে ঐবু মালং অমদা
কিবনা থক থক নিকলবা—
উনগী চীংজাও মপৈবু
অমুবা চীংজাও মরোলনা
মখোংদা য়োৎহ্লিং চন্দুনা
হাই-হুম্বা য়াদনা
ক্রক ক্রক লাকশিল্লি ;
মাহু নাম্বোরুবা হোৎনরি,
অতিয়ানা ডুরুং ডুরুং ডংলি
পাতালনা থক থক নিকলি,
মাহুদা থরায়না
মুংশিংকুম নিংতমনা
নোংথাংগুম য়াংনা
কোয়চেন চেন্দুনা শান্নিংই ।
মীওইবগী সমাজগী, ধর্ম্মগী, চৎনবীগী
য়োৎহ্লিং চামা চামানা
য়েংলোম ওয়রোম অনিদা
তুং-মাং লৈথোকপা য়াদনা
ক্রক ক্রক লাকশিল্লি ;
থরায়না লাউনা খোংনা ডংলি
মাহু নাম্বোরুবা হোৎনরি,
মগী লৈবাক অমদা
নিংতমনা, মুংঙাইনা, কিদনা
কোয়চেন চেন্দুনা শান্নিংই ।

অমুকম্নু অরা অনা পুম্নমক কাউর্হুনা
থোংনাওদা চেনশিন্নকলিবা
মঙানগী ইপোমদা
পিকপ্রবী হেলোয়না
কুপগ্রবী লাইরেম্বীনা
জগোইগী চালি থেকপদা
থরায়না মাহুদা শান্ননিংই।

অমুকম্নু—প্লেগ, পুকচৎ ঈফাইবা
অরুম লাইহৌ অমম্নুং
লু তাং চীক-খোংপা, ধাতুনা থল্লি;
চাউথোকপা, নাপন্না তিন্মং পান্দুনা
কক কক থিল্লী
ঈনা শিংলিদা কিনা
অমম্নুং য়ম্না চেল্লি;
অপাম্বা মীহৌবা, কল্লকপনা
মীনা মীবু কাউরি!

অমুকম্নু—লেল, উন, নোংথাং, মৈগী চীং,
ম্নুহাম্নাবা অমম্নুং নোংলৈ-ম্নুংশিংনা
মরৈ তমহুনা চীকে ভান্নরি,
ভাইবংনা কিবনা অরুম হৌহুনা
থক থক নিকলি।
উস! নারে! রারে! শারে! চীকলে! কিরে!
অঙাংগী শকতম লৌরিঙৈ
পোকলমদবা থরায়না

অহলগী শক্তম লৌবদা
মপানগী অকিবা তাইবঙবু
মুংশিগী ঈপাক্তা লুপহল্লি
পাস্মুনা শোকপদা থোংহল্লি
অকাউ লমদা তিলহল্লি ;
মপানগী শকলোনগা
মনুংগী শকলোনগা
অমত্তা ওইনা পুন্দুনা
মুংশিবা, ক্‌জবা, অচুম্বা
অহুম্মক লোয়ননা
শান্নিংই থরায়না ।

১৩

## কবিগী মঙ

নোংদোন অতিয়া থকুদা
লৈচিন নক্তা পাইহুনা
নোংদোন চেক্তা নোংইস্না,
লাইজ থক্তা লেমলৈনা,
মঙানগা মুংশিংকা চাবক্তম.
কবি সনা মঙলেন্দা
নিংবা মুংঙাইবা অনিনা
কবিগী চৌগাক ওইহুনা
রাখল ইরেন ঈপাক্তা
চাংজো তাম্না পাইহুনা ,
চাকতাজরি কবিনা
তাইবঙ মৈশাদগী লাপ্না ।

## ১৪

# লৈচিন লৈমা

অশৌবা পে খান্দুনা
নুপাগী মথ ত্তোংহুনা
চীংগী লোকচাও'সুংদগী
য়াকায়ব্বরে ঐহাক্না।
ঐগী চুমথাং শমলাংনা
স্বর্গ মগুল মপুংদা
লাঙুং পৌবা কনাগী
দীগবীজয়ীগী ফীবানগুম
মায়কৈ তরা শন্দোক্লি।
ঐগী শমজীরৈ নডান্না
অতিয়া মপুংয়ায়হুদা
থগী ময়ুম শাহল্লি।

ঐগী লোলাই চাকা ফুকপদা
চীংজাও লোকচাও খুংহুদ'
ফাহুনা থগ্নিবা বজুনা
লাউনা খোংনা ডংলিদো
নাম্থোক্রবা হোৎনরিদো।
নোংথাংনা হিনাও শাহুনা
নোংলৈথক্তা ফমহুনা
চীংজাও, পাৎচাও, তুংখোংদা
সমুদ্র, কংফাল থকুদা
কোয়পায় পায়হুনা চৎলি, ঐনা

স্বর্গদা পোকপী লাইরেম্বী !
মপুং ফারবী থাজনা
লুপা মহী চেনবা শমলাংগা
পারবা ভৌরবা ই-শাদা
তপ্পী তপ্পী চৎপদি
অভাংনা চৎপা তমশুম্বী,
মরক মরক্তা নাম্বুরি,
ঐনা নোককেং ভৌজরি
স্বর্গগী লাইরেম্বী খরদি
থাজগী খোংথাংদি তাক্তরি ।

লাইজ কোন্দা পোকপনি,
মালেমনা নাউকোনজবনি
নোংদোন থক্তা চাউবনি
চাকলবা মালেমগীদমক
খৌগংলবা লৈ-শুগীদমক
সমুদ্র ঈচাও মুংদগী
তু খোং পাস্তগী
অনৌবা নোং পুরকই ঐনা।
ঐগী ইশা শাগন অনিদগী
নোংঙাল্লমদাইগী লিক্লা খিকথরি,
তুমলিবা পুম্বুম্বা লৈরাংবু
মিকপ থোকহল্লি ঐনা।

লেনগী চৈরোং পায়হনা
নোংদোনথক্তগী মৈথ্রকপদি
শংবান্নবা মালেমসে

পশোৎ কীবুম তীংগুম্মী
কবোক পোকপগী মত্তৌনি
ঙাইহাক্কংগী ঙৌরমই
মীকুপ্পুংগী ফজরমই
নোং ওইনা চেম্বরি।

ঐগী ইশা ফজ্জুনা
নোংদোন খেৎনা শাবা ফুরাগুম
সুমিৎ মুংবা মৈশানা য়ৈরবা
উপাল রাপাল কয়াবু,
ঐগী টক্লমদা থুপহল্লি
সুংখিলগী মিকপ তাহল্লী।

কোয়ৌহনবগী লৈবাক্তা চত্তুন
লুপা ফুদোংলবা পবাকনা
সনাগী ফাংপোং কোল্লুইদে
হরাও তুজুংনত্তুনা
শমজি পূনবা কোমলকই,
শমজোয় ওইনা তারকই
সনাগী শমলাং চায়থোকই
ঐগী নীংবা থুংলমই।

সুমিৎ মুংবগী মতমদা
চীংগী চীংদোন থক্কুদা
পামেল উজাও মত্তোন্দা
লংজানা সুংশা য়ায়বগুম,
স্বর্গগী ইচুম থক্কুদা
ইশা শাগন থুপচিন্না

কোরৌগী মৈশা লাংলমই
মুংঙায়বা রাখল পোকলমই।

চীংদোন্দগী চীংদোন্দা
লোকচাওদগী লোকচাওদা
ঈ-রাংমদগী রাংমদা
খোংগী নাওং শাহ্নুনা
ঐগী দোলাই ফীরাম্না
ফেরে ফেরে হায়রমই।

নোংথাংনা হিনাউ শাহ্নুনা
ঈশিংদা, পাত্তালদা, স্বর্গদা
কোয়পু পুহ্নুনা চৎলি ঐবু
লাইজ ইরেল ঈমুংদা
মচু চামনা লৈতেংবী
মুংশি মুংওম্ন থল্লবী
সমুদ্র হেলোই পোকলমই।

নোংদোন 'হিয়া থক্কুদা
কোরৌবু ঐনা চুপ্পদা
লাইগী জগোই শাবী পোকলমই
শকলোন চামা পুহ্নুনা
জগোয়গী চালি খেকলমই,
উনা উনা মাংখরি
মুংশি রাখলদা লৈহৌরি।

নোংজাগী দোলাই তোংহ্নুনা
নোংদোনগী থবী মমুমদা

শমজীরৈগী মওং শাহুনা
মাংদা নোংথাংনা খুবাক খুচনা
শঙ্গাই শেন্না তুবৎ লময়ান্দুনা
মালেমদা মখোং হৌরবা
স্বর্গ পকপ্রবা চুমথাংনা
থোংগী নাও শাহুনা
লোকয়ুংদা উক্সুংদা কুমলকই।
পাৎমুংদা লমহাংদা শান্নকই।

নোংলৈলেন, নোংথাংনে, নুংশিংনে, লেন্নে,
নোংদোনগী পাঙ্গল অপম্বা
ঐগী তাংবন্দা পুনশিল্লি
মশোয়না নাম্বোক্কে হোৎনরি,
অকনবা লাল থেংনরি
লাউনা খোংনা ঙংনরি
মৈরিক চামা চামা পায়্শানকই
মৈ ঈশিং, নুংশিং, লেন, কাপথোরকই।

চীংজাওগী গুহা মুংহুদা
কোয়পায় পায়হুনা চৎলিদৈ,
অইংবা নুংশিংনা শোকপদা
উনগী নোং চায়থরি,
চীংজাওগীদি মখোডনা
ইথোঙদা য়োইজিং চনশিল্লি
ঐগী সারখিনা—থরায়না
পুল্লিবা য়োইজিং থকুনা

স্বর্গ পাতাল অনিদা
নোকফেং নোকফেং চেল্লমই।

মরুম কোল্লিবা থুমুগুম
ইশা ইরেং থুপচিন্দুনা
স্বর্গগী ইহুমদা হল্লকই,
চীংজাও কমুং থক্তুদা
নোং মুংশিং মোনথাংনহুনা
অচৌকপা তুমথুন হুল্লমই।

শকলোনতদি হোংলিদো
শিবা কৌবা লৈতেদো
মুংশিও থরায়দি
তোপলা মালং অমদা
মুংশি উন—শংহুনা
শান্নহুনা লৈরিদো।

---

## ১৫

## ইঙাগী তাম্বুক

ওসি ইঙাগী নিংথিবা অয়ুক্তা
লাপনা তামনা শনগ্রবা লৌবুক্তা
তাংলৌ চুপ্পা অহিং—থরাইগী শায়গোন্দা
খোমলেন য়াত্তাক্লগা য়াকায়রে!
অহিং-থরাইনা চৌংগী লোকমুং থিহুনা

কোমৌ চুম্না য়াত্তারে।
অনৌবা নোংগী মপৈনা, অনৌবা ইঙাগী 'তিয়াদা
মুরৈনবা কিজং থনথরে, মালেম শংবান্নরক্রে।
বাহোংগী ঙঁ্যা, ঙঁ্যা খোঙেল তারক্রে
নোংগৌগী কু-কু খোঙেল তারক্রে
হঙোইনা গো-গো খোংলকলে।
অনৌবা নোংগী মঙান্না, অনৌবা মমি তাবদা
অনৌবা উনা অপুম্বা, ইরং ইরং লংলক্রে;
রাপলগী কুঞ্জ থুদিংদা, চীংয়াগী পামেল থুদিংদা
মালংবা ঈহুন ফংবদা; রা-রা, জ্যা-জ্যা লাওরক্রে
নোংগী অনৌবা মমিদা, উনাগী ঈথক হৌরক্রে,
উরুরগা অম্বুম্ব নোংজুগী নীংথিবা
শুম্মোইদগে কবি কনাগী পুক্নীংবু ?
অম্বুম্বা মুরৈনবা অরুক্না, কাওরেন শনী অপুম্বা
মমৈ ফীরাল শাহুনা, লৌবুক ভম্ন পাংলক্রে;
শন্নাও মচা হাতম্না মো-মো, মো-মো হায়হুনা
শংবান্নবা লম্পাক্তা চোংহুনা চোংহুনা শান্নরে;
থুঙংগী ইপা ইপম্না, শাদী শানৌ কনানা
তু-উবদা হৌহুনা, শাপোৎ শম্পোৎ শেনহুনা
অমুক্তী চরা রান্দুনা, লৌবুক ভম্না পাংলক্রে।
উকায় লেংবান্দা খোংহুনা, শাজৈ থুঙা পায়হুনা
চীংয়াগী নামিবা মতেং লৌহুনা
রাগী কুঞ্জগী ঈশৈ তেংবাংহুনা
খোমৈ রাংনা থুম্লং ঈশৈ শকলক্রে।
ইঙা লাইরেম্বীনা শমনাং নিংছু য়ৈন্নহুনা
অনুকপা শুহা য়েংহুনা

খা ঈচাও মুংদগী তপলি তপলি লেংলক্লে
চরাংগী খুংলং ব্লাংহৌবা, উকায় তকখ্রবা লৌবুক্তা
ভাইহাক লেপ্তুনা য়েংলমই, লৌবুক শিংয়েং তারমই :
খরা চংলে হায়রগা পুংকক চাউরবা পান্দোংদা
মালংবা ইপোম য়ৈবদা, লৌবুক্তী ঈথক হৌবদা
শমলাং চোইজাইনন্থনা লুকাই হিদা ফমন্থনা
মালংবা মতেং লৌরম্মী।
চসি ইমা ইভাগী শকতমনা
অনৌবা শকলোন পুন্থনা
লৈচিন্দা, লৌবুক্তা, চৌংমুংদা, উমুংদা
হাই-হুম্না, থেক-কোয়না, জগোই শাজরি :

---

১৬

# মুংশিবী চেক্লা শকপীয়ু

মুংশিবী চেক্লা শকপীয়ু,
খোম্থাং চুম্না শকপীয়ু,
কালেনগী লৈরাং কয়াস্ত
অরা গী মুংশিংনা য়ৈন্থনা,
মনাগী ফমুং থকুদা
পুন্সীগী য়াহিপ তানথরে ;
উকুল মরিক ওইন্থনা
নোংদোন মালংদা তিনথরে।

ঙাড্রানবা মুমিৎকী মঙান্দা
সনা মহি চেনবস্লু
ঙৌরবা থাবলগী মঙান্দা
লুপা মহি চেনবস্লু,

মুংঙাইরবা মঙগুম্না লোইথরে।
চিনিচম্পাগী মুংশিবা লৈনমস্লু
লমলক্কী মুংশিংনা হুমহুনা,
লাপলবা সমুদ্র তান্না পুখ্রে।

নোংদোন থক্তা পাইহুনা
নংগী ঈশৈ তারুরে;
মিৎলু নাপোম অনিদগী
পিগী ঈরা হৌরক্রে।

নংগী বীনাগী পীক্রবা মরিদগী
ঈশৈগী রসনা অরোইবদি লৈতনা
তাইবং মালং পাথরি;
মুংশিবী চেক্লা শকপীয়ু,
খোম্মাং চুম্না শকপীয়ু।

## ১৭
## লানবিয়ু

লৌবিয়ু প্রভূ,
অরেম্বা হকচাংসি,
ওইবিয়ু নংগী লুকাই হি
নংগী সমুদ্র যাত্রাদা।

লুকাই হিদা তোংহুনা
মুংশিগী নৌ পায়হুনা
সমুদ্র ঈথক খুদিংদা
লুকাইনা জগোয় শাবদা,

মুংশিনা ঈথাই পীহুনা
অনীংবা পম্বুং তানবসি
"অরানবা খুভম" নিংবসি
লানবিয়ু সমুদ্র বাংমা।

---

## ১৮
## পুন্সিগী বীনা মরীদা

পুন্সিগী বীনা মরীদা
হাপনিংবা থুংহৎ হাপ্তুনা
শকনিংবা ঈশৈ শক্তুনা
চীং-মান কয়া কোয়রিবা,

অঙাওবা মুপা অসে,
পাকলবা লম্মাংদা
মতোমতা খোঙ্গেল লাউনা
শকনিংবা ঈশৈ শকলি।

চীক্লবা অথেংবা অহিংদা
ব্লাংলবা চীংদোম কাহুনা
লৈচিন নোংকাই মরক্তা
মুংশিংকী ঈশৈ তাক্লরি।

লাপলবা সমুদ্র তোর্ব্বান্দা
মতোমতা নায়তোম চত্তুনা
মালংবগী ইপোম খুদিংদা
ঈথকী জগোয় য়েংলুরি।

অঙাওবা যাত্রিক অসে,
লাইগী মন্দিরদা
উফুল ব্লাইফুল তৈত্তুনা
ইঙাও ঙাওনা চঙখরে।

হিমালয়গী ঋষি কয়াস্থু
মালা জপ তৌত্তুনা,
বেদগী শৈরেং থীত্তুনা
লাইগী মন্দির কোয়হৌরি।

নিংথৌ নিংথৌরেল কয়াস্থু
খুত্তা সনাগী শেম্পাক পায়হুনা,
লৈহাউ পরেং হাপ্তুনা,
পুরোহিতকী ইঙ্গিৎ ঙাইহৌরি।



১৯

# থাগী মুংশিংপু ওকপা

শকওং শাদা নাইদবী,
বসন্তগী খরায় ও !
নশক উগে কংদবা
লাকই হায়রদা মখণ্ডবা,
উপাল রাপাল অপুম্বা
নিংথম য়াহিপ চন্ত্রবা,
ওমনা য়েম্নিং হুম্নরে,
খোইরা খোইচাকমুংদগী
হুয়িংখোইনা পাইথোকপগুম ।

গিংসনা অনি থুপশ্রবা
কনাগুম্বা নাম্বানা তৌবগুম,
মালেম লৈরোন চনশ্রবা
নিংথম য়াহিপ তানশ্রবা
পামেল মরু কয়াম্ন,
নৌনা য়াকায়নরক্রে ।

হে বসন্তগী লাইরেম্বী,
অশংবা ফিগেনা খ্বাংদা খোং,
অঙাংবা লুহুপনা কোকথক্তা উপ,
ভঙাং ভঙাংবা চেংলোনা
মোমোন মোমোন নোক্নুনা
কনাগী পুকনীং হুবগে ?

খাঙ্গী মুংশিৎ নামিবা,
নহাক্কী তথোৎপী খুৎতুনা
শাবী শানৌ কনাদা
থোৎনা মেন্তনা শানবনে,
হৈনম লৈনম পুন্নকপনে
শক্তিবুগী মুংশানা য়ৈবনে
অনৌবা য়েন্নিং উবনে
মুংশি মুংওনগী রাখলনা
ভাইহাক্কুংবু খোয়দাদরে।
থরায়না মশাবু কাউজরে,
কাউবতনা মুংভাইবা ওইরে,
অশেংবা থরায়দি লৈতরে :
ভূত্কী য়ুমথুংফম ওইররে :
ফজবগী পলেম-ও !
মাংহনবগী ইমা-ও !
ঐনা নংবু মুংশিজৈ
ঐনা নংবু কিজৈনে।

হে লমগী থরায়-ও !
নংগী নামিবা মুংশিৎকা
অরাংগী মালং থরায়গা লৈপুনবদি
মুংশি নাপ চীকনবদি
শয়েং পাম্বোম ভানবদি
লাইরেম্বী কয়া পোকপদি
ভাইবং ফম্বাক থকসিদা
শকলোন ভোঙানবা উৎতুনা
জগোয়গী খোংলৈ হাপ্পরি।

কোয়ৌ উরুং পুরেল্লা
লৈচিনগী দোলাই শারগা
নংনা ভৈরবী কালী লৌহুনা
মালেম তমনা থৌথরকপদি,
দোলাইগী চাকাদা মৈ হোয়ে
চাকাগী মখোল্লা অতিয়া নিনথরে।

হে নোংগী শাথৌ ওইরিবী,
নোংদোন মালেম অনিগী
পুকমেন পাওমেনবীরিবী,
চাকলবা পৃথিদা শিংলকউ,
নোং ওইনা চুথরো,
পাম্বীশীংনা অপুম্বা
অনৌবা য়েল্লিং হুলহল্লো।

শংবাল্লবা থাগী সমুদ্র,
লাইজ ইরেন ঈপাকপা,
ফাইরেন লমদা চুপ্পদি,
জগোয়গী খোংলৈ হাপলুয়ে;
নংগী নাওশুম ঈশৈ তাবদা
তুমলিবা অঙাংগী থবাককুম
স্বর তপ্পা হোল্লক্লে;
তাংজ মরাই লুকলক্লে,
খোমলেন তুমথুন হুল্লকলে।

হে থাগী ভুংশিং,
থরায় হুকচাং পীরিবী,
নৈদা, ঊদা, চাংদা, লাইজদা, লৈচিন্দা,

মালেমদা লৈবা খিবিক্তা শিৎপগুম,
নংগী নামিবা মুংশিৎনা
ঐগী ইথক্তা শিৎপীয়্‌ ;
প্যামেল উনা অকংবা
অনৌবা য়েম্নিং হুন্নবা
মালেম থক্তা কেনবগুম,
রাখল চমন অপূম্বা
মালেম পৃথি থকসিদা
লোইনা হুমদোকপীরম্মু,
রাখল য়েম্নিং পোকহল্লু ।

ঐগী পোমলিবা রাখলনা
নংগী শউম ফংবদা
মকা কন্না শাৎশন্নু ;
মীওইবগী থম্মোয়দগী
লংলবা মৈফুদগী
অরোইবা নাইদবা মতাম্না
মৈরিক কোটি পাইহুনা
তাইবং পূম্বা তানসন্নু ।
কালেন মুংশিৎসু মরোইরে
নিংথম মুংশিৎসু মকুইরোই ।

২০

# অহিং থৱায়বু ওকপা

চীংজাও লোকচাও মুংদগী
লৈচিন নোংফাইরক্লগী
মুংথিল য়াতা লোইদুনা
য়াকায়রে অহিং থৱায়-ও !
তয়াং তয়াং লাকচরে
উমং রামং লাম্দুনা
ঈশিং কংফাল ফাওদুনা
নোংচুপ থোঙদা থুংলরে।
থৱানমিচাক চমকী থিল্লিবী
শংলেন ফীজোল থোল্লিবী !
মুরৈনবা শমলাংনা
মুংথিলগী মিৎয়া কুপখ্রে।
তম্পাকী চীংয়া থিদুনা
অস্নুকপা গুহা য়েংদুনা
লৈচিন্না থৈজুপ ওইদুনা
উম্না মোনথাংনদুনা
মালংবনা নাওশুমনদুনা
অহিং কৌবী লাইরেম্বী
ভাইহাক্লংগী পোত্থারো ;
চীকলা তাংলো হৌখ্রনি
য়াম্না থুনা চৎখ্রনি
উনা উনা মাঙখ্রনি !

চীকল' মতম অসিদা
ঐথোয়গীদি থরায়না
খোয়বু 'সিদা পুরকপা
স্বর্গ শকলোন শিদবা
উবা ফংই নিংথিনা ;
মিৎকুপকিদি মমুংদা
য়োবা ঙমই মাড়ুদা ;
স্বর্গচুদা ফজবা
উই শান্নবা নারানা।
কুঞ্জচুদা লংলবা
তায় ঈশৈদি হেলোয়গী।
হে অচীকপনা পোকচবী !
অমঃ য়াইথোং কুমলকপা
অশি থোঙদা থুংলবা
পারি মুংশি কয়ানা
অরাবা ঈশৈনা ফুন্দুনা
তাইজবীদি মায়থোংদা
চীকল মিৎলু নাপোমদা
তরং লাইজা চেনবগুম
হে থরায়-ও নহাকস্থু
খাইনা মৈচাক্লা ফুন্দুনা
উনা য়ানা লৈত্ত থক্তা
তরংগী লাইজা হৌবরা ?
নোংদোন মিৎস্না থুমলকলে
অচীকপদি লোইরক্লে,
শকলোন লীশীং পুরিবী

মাঙবা কৌবা লৈতবী
ঙসি তন্না চৎখিনি,
হয়েং থুনা লাকনি
সুমিৎ হায়রে মচুমই
খাজ হায়রে মচুমই
অহিং হায়রে মচুমই,
সুংথিল হায়রে মচুমই।
তৌইগুম্বসুং থরায়-ও!
তাইবঙ কম্বাক থকসিদা
পোকপা নাইবা ঐথোয়না
শিবা তানবা মীওইবনা
নংবু করম্না ইল্লুগে!

---

## ২১

# পুক্নীংবু ওকপা

পুকনীং-ও লাইরেম্বী!
পোকলিবী য়াথলবু
লংলবা নহাকী
লূরবা মঙান্দা
থম্মোইগী কাচিন্দা
থুপলবা নহাকী!

স্বর্গগী কেলোয়গুম
সুংশিংমুক নিংতম্না
নোংথাংমুক য়াওজনা

পুজরি য়াথংদি
অশেংবা পাওমেন্দি
অচুম্বা নহাকী।

লমজিংদি ওইজরি
রাখলনা নহাকী
চীংদা, মান্দা, প্যান্তা
কোয়পাইদি পাইজরি
অচুম্বা থিজরি
তম্তনা নহাকী।

থাংজবগী মৈফুদা
মুংথংদি চাবদা
ম্যুরবা য়োৎনদি
মৈঙান্দি লীশীংনা
মৈশেক্তি কোটিনা
ইরংদি লংবগুম;

মমলবা রাখলদা
শোকপদা মুংশিনা
ফংবদা অচুম্বনা
মঙান্দি লীশীংনা
লংহল্লি খোঙচৎপু
ঈংহল্লি নহাকপু।

লেপ্তুবা শকফমগী
অপাইবী লাইরেম্বী,
য়োহ্লিং-ও ফলাংদি
থুৎশেমনা মীগীদি
কাঙমদে নহাকপু
লাকঙমদে কদৌঙৈ।

সনাগী য়োম্লিংনা
লোইবদি লৈতনা
থাকপদি কুংশিনা,
কাবদি পাম্মু'না
পুনশিল্লি নহাকপু
কাজিল্লি তত্তনা !

---

২২

## চাউইদা নগুণসে

চাউইদা নগুণসে
চীংজাউদি ময়োলনা
লোকচাউদি মপৈনা
তুরেলদি লীশীংনা
খল্লি ইবানিগী'রক্তা
কাগনি করম্না চীংজাউসি
লানগনি করম্না লোকচাউসি,
য়েৌগনি করম্না চাংজৌসি,
লমজীংবীমু নহাকনা
ইঙ্গগে নতুংদি !

মতৌদি করিনো,
থেকলগা পাজনসি
হেঙ্গৎলি য়াবা,
মুকলগা খোনাসি
তারকই ময়েং !

কৎথোকলে হকচাংনি
অথাকপা লৈত্তনা
থাদোক্লে অপুম্বা
ঐহাকী লৈজবা
নহাকী নফমদা।

শিন্নরে পাঙ্গলসু
কৎথোক্লে থৌনাসু
থাদোকলে লৌশিংসু।
লৈহৌদরে করিসু
নত্তনা অহাত্তবা হকচাং।

চৎখ্রে অকিবা
মাত্তখ্রে চিংনবা
ফাজিল্লি নংনা
নকশিল্লে ঐনা
নহাকী শৈরেংদা।

---

২৩

# থওইঙ্কদবা থরায়

উপাল রাপাল অপুম্বা নিংথম য়াহিপ চল্লুবা
নৌনা য়াকায়নরকলে
অনৌবা য়াওস লাকপদা
লৈরাং য়েন্নীং হল্লক্লে হৈরাং অপাল শাংলক্লে
বসন্ত ঋতু লাকপদা
অরি অনৌ শিন্নবদা।

কং্গী ভাভ্রনবা অয়ুক্তা  হৈনম লৈনম চুরবা
সমুদ্রগী লাইরেম্বীনা,
সোরারেনগী হেন্নোয়না

শাবী শানৌ কনাদা  মুংশি ইপোম রৈবদি
ভাওনা জগোই শারকলে রাখলনা
হনবা কৌবা লৈতরে পুকনীংনা।

হৈনম লৈনম তারগা  খোইমু লাংতক্লরক্রে
খাংহ্নুনা লৈবা ভমদরে
ভরং ভরং ভংলক্রে।

চীংগী চেক্লা কয়াস্থ  তমগী পোম্বী কয়াস্থ
পামেল কৈরা'থক্তা তোংহ্নুনা,
শৈরেংলি মাগী মাগী লোন্দা

রাখল ঈচেল লুনা  ভরং লাইজা শিম্নুনা
মতমগী ঈশৈ শকলক্রে
অভোম্বা মালং অমগী।

ঐ অমস্থং ময়ামদা  জীব পানবা কনাদা
ঈশৈগী রস তাহল্লে
পুংইং ঈংগ্রে তাইবঙসে।

চাইহাক পুক্নোয় খরদং  মপানগী তাইবঙ কাউহ্নুনা
মুংশি লমদম য়োক্লর
অপাম লমলেন শোকউরে।

শংবান্নবা অভিয়াদা  নোংথাংগী জগোই শামক্রে
পুক্নীং তুজুং হরাওরে
পেনবগী ভমথৈ লৈতরে।

ইভা ইভেন ওইরক্রে  নোংগী কুমদম চংলক্রে
লোহোন থাবা হৌনরে
লৌমী রাখল চাউরকলে।

লাংবনগী কৌনানা লেংবদা নোমলিবা কনাগী থম্মোইদা
রাখলনা অগোই শারকলে
পুকনীংনা মথোই কারকলে।
লাংবন মমৈ ওইরকলে ভৌরোক ভৌবা লৈচিল্লা
তম্পাকী চীংয়া তামথরে
চীংগী চীংদোন থুমথরে !
মেরা থা চংলকলে নোংদোন মমায় তারকলে
পামেল শরেপ ফারকলে
ফৌগী ফৌনম য়েল্লকলে।
মেরা থাগী থানিল্লা মেরা থাগী অতিংদা
মেরাগী অতিয়া ভাল্লকলে
অচৌকপগী ইপোম ফাওরকলে।
পিকলবা থৱানমিচাক্কী মভাল্লা মপুং ফারবা থাবলদা
চিকপক চিকপক মাংথরে
পুমতিন পুমতিন তিনথরে।
মহৌশা কৌবী লাইরেম্বী শরংকী ফীভোল থোল্লকলে
সনাগী লুহুপ উপলকলে
হৈরাংগী লিকলাং শিরকলে।
তবুম তবুম্বা শরংকী মুমিংনা নোংচুপ চীংলাইপক থেংপদি
লৌবুক লৌরি থুদীংদা
সনামহি চেল্লকলে।
নাক্তা লৈরিবা লৌবুক্কী থংদবা মালং অমদগী
খোঞ্জেল চামগী শৈশক্তা
ইনিন নিনগ্রে হরাওবনা
ঐগী পিকলবা নাকোংদা ঈশৈগী খোম্মাং য়ৈররে,
ঐনা ঈশৈ তারকলে
ওমহৎপগী ওমখৈ লৈতরে।

হৈরাং লৈরাং শাচ্চরো ভামনা কোকিল খোংজরো
বসন্ত ঋতু লাকপদা
অনৌবা যুগ হৌবদা
নোংথাংগী জগোই শাজরো শুকলবা নোংমু মংজরো
বরিষা ঋতু লাকপদা
নোংগী ঝম ঝম খোঞ্জেন্দা।
শরৎকী থাবল থোকচরো লুপা মহি চেঞ্জরো
শরৎ ঋতু লাকপদা
থাবল'রক্তগী অথোইবা।
শনজিং চীংজাও গরুড় নংগী ন-শানা হুম্বদা
মালেম লৈম্না থকসে
মরোং মরাং তাকহ্রে।
পেনাম্মু খোংজরো পুংমু য়েংজরো
ঐগী থম্মোই লাইরৈবাক্তা.
পুম্নমক অরেম্বনি অরেম্বা
জগোইবু শাদ্রবদা ঈশৈবু শকত্রবদা
ঐগী রাখলনা,
মতমগী তাম্বাদা
ভাবুকপু ওইদ্রবদা কুম্মৈবু য়েংদ্রবদা
ঐগী থম্মোইনা
তাইবঙ ফম্বাক্তা।

---

২৪

# মুংশিবা ইবুংঙো

মুংশিবা ইবুংঙো !
ঐহাকী ইবুংঙো, !
লৈফমস্তু থংজদে
নশকস্তু থংজদে,
নমিংস্তু থংজদে
লাকপিরি নংনা,
চীংজাওনা হৌবদা
মুংশাদি হোনবদা ;
মুংশিংনা শকপদা
লৌবুকনা নোকপদা ;
লৈচিনগী জগোইদা
নৌরবা নোংদোন্দা,
ঈথকনা শাবদা
জগোইদি লীশীংনা ;
ঈরাওনা কৌবদা
সমুদ্র য়াংমদা ;
অতিয়ানা চুপ্পদা
শংলেনবী মালেমবু,
থম্মোইগা থম্মোইগা
উনবদা ইবানিপী ।

২৫

# খুঙ্গং নৈশাবীগী ঈশৈ

শজিবু চংলকপদা—

মৈকোক থাদি চংলক্লে
লমজাউ লম্মৈ থারক্লে
চীংয়া ভময়া কোকলক্লে
চীংয়াগী পামেল অপুম্বা
অনৌবা য়েন্নীং হুনক্লে।
মৈকোকশুবা লক্লাংদা
হানৌনা নেম নেম চোংলক্লে
নেম নেম্বা হানৌ থকুদা
নামিবা ইপোম লাকপদি
রাখলগী ঈথক হৌরকলে।
কাওরেন শনবী অপুম্বা
মবুক থম্না চারনি
শঙ্গোম নিংথিনা থোকলনি
শন্নাও য়াম্না নোয়রনি
লৌ নিংথিনা উরনি।
মকম মকম খুদিংদা
লম্ফেল নারা কোম্বিরৈ
পুম্মুম পুম্মুম শাংলক্লে
চোজাং য়েন্নীং হুন্নকলে।
নৈরী মপান শাংলক্লে
চীংপ্রাও মপান ভোরক্লে
লোকম্মুং চীংমায় অচৌবা

কবোক মপান চাইগুমলে।
শংলেন ফিজোল থোল্লিবী
হাইনা হুমনা থেকলিবী
অপাম য়েন্নীং হুলহনবী
শজিবুগী মুংশানা য়ৈবনে
লৈরাং লৈনম মুংশিবা
নামিবা মুংশিংনা হুম্বনে
নংগী ভথোংপী থুত্তুনা
শানৌগী শাইনোন নানবনে
অনৌবা য়েন্নীং উবনে
মুরাগী পুক্লীং নৌহৌরে
ভাইহাক্তংবু খোয়দাদরে
মুংশি মুংঙনগী রাথন্না
তৌগদবা থবক্তা লম্বল্লে
রাথল লম্বী মফাংলে।

কালেন চংলকপদা—

হা-দা কুমগী নোং-ও!
নোং-ও চুথরো
লৌবুক লৌরী খুদীংদা
লাইজা ইরেন পাহল্লো।
খুলগী ইবুং ইপ্‌্রাবু
চবৈ নিংথ্রি শেত্তুনা
কালেন ভেম্পাক মুংগুম্বা
য়োংলৈ নোংথাঙ শাহল্লো।
কোনা হুমাইশু লৈজদে
রাপলগী খোজেল অহৌবা

চীংয়াগী মুংশিং নামিবা
ইবুংগী অরাবা পোথোকউ
হা সোরারেন লাইনিংথৌ
নংগী বরুণ থাহুনা
কালেন মৈশানা চাকলবা,
ইবুং ইপ্‌্রাবু কনবীয়ু।

ইঙা ইঙেন চংলকপদা—

পায়রা খুদাপ
হুল্লা কৈদোম
লৌবুক লৈমায় থকুদা
ফৌগী ফৌদিং হুল্লিবা,
ইবুং ইপ্‌্রা অপুম্বা
খুল্লং ঈশৈ শক্লক্লে।
"হা পৃথি ইমা-ও,
নঙগী অচান পুক্কৈদা
ঙসি মরু কচ্চগে,
হয়েং য়েন্নীং হুলহল্লু"।

লাংবন চংলকপদা।

থাগী মুংশিং নামিবা
থা-তগী মুংশিং নামিবা
লৌবুক লৌরি খুদীংদা
লিরি লিরি শিংলক্লে॥
হুমিদাংম্বাইগী মতমদা
হুমিংনা চীংয়া থাংলকপা
অমুনবা ফৌগী চয়োংদা
কোয়োগী অঙাল য়ৈবদি

সনাগী খোইরা য়ানগুম্নে ।
লাংবনগী কৌনানা লেঙবদা
কৌনাগী ইপোমগা লোয়নন।
লৌচী কোয়বা কনাগী
রাখনগী ঈথক হৌরক্লে ;
খুনগী ইবুং ইপ্বানা
মাংগী অরাবা কাউহ্নুনা
তুংগী মুংঙাইবা শারক্লে ।

শরৎ চংলকপদা-

শরৎ থাদি চংলক্লে
কোরৌগী লৃম্বু মৈশানা
মহৈ মরোং মুল্লক্লে,
ভঙাং ভঙাং ঙাংলক্লে ।
লম্বায়গী য়ুমখোং খুদিংদা
য়ুমগী শাইজীন মপাদা
লফোয় লৌউ মুল্লক্লে ।
য়ুমগী ইংখোল মতোন্দা
পুংদোল মহৈ মুল্লক্লে,
হৈতুপ মহৈ ঙাংলক্লে ।
হা ইমা লাইরেম্বী !
পোইন্নু লৈমা ইবেম্মা
অভোবা লৈচিনগী শাদোংদা
চীংমুং উম্মুং লাম্মুনা,
তু-খোং কাওহ্নুনা’
লৌবুক তম্না কুম্নকউ ।
মালংবগী কৌরোয় য়েংহ্নুনা

ফৌনা ইপোম হৌবদা
নওগী ভয়াংবা নখোওনা
ভাওবা গালিচা থকসিদা
ঈরোইনবা ইপোমদা
তম্লি তম্লি লেওলকউ
অয়েবা ফৌগী চাংহুমদা
খুনগী ইচে ইচনগী
হমাইগী শউম লৌহুনা
নশম ননা শন্দুনা
অরাবা হকচিক লাংবীরে।
ওরাংগী থুম্লং লেমকৌবা
তংথাই থাওপ্রবা লৌবুক্তা
লৌতাংশওদি খুদিংদা
মরুম থিহুনা পোত্থারে।
অমুনবা ফৌনম তাজরে
নওগী মিৎম্না উইজরে।
লৌরক্তা লোতুনা খোংলিবা
কোজেং হারৌগী খোঙ্গেন্দা
চাংয়াগী য়াউগী মখোন্দা
নওগী অরাবা পোত্থোকউ।
খুনগী ইবুং ইশানা
কাবৈ শৈবা ফৌবৈদা
চৈরোওগী লংগোই শাজবা
চৈরোওগী খোঙ্গেল তাজরে।
পোইহু লৌরোক গাড়ীনা
অমুনবা মহৈ হাপ্পুনা

লৌবুকী লৌরি শমলিবা
অতনবা চাকাখোন তাজরো;
থাওদোকখ্রবা লৌবুক্তা
য়ৈথোকখ্রবা লম্পাক্তা
ফৌগী ফৌনিং তাহৌবা
খম্রাংনা খুম্জুনা চাজবা
খুনগী শাহুর কয়ানা
অরেম্বদা ৬ৎপীবা
অনিগী কুমৈ য়েংজরো।
লরায়গী খুম্নক ঈরক্তা
চুম্ভংফমদা চৎতুনা
চুম্ভংবগী কোলুদা
য়াম্না তন্না তারিবা
চুহি তপ-তপ তাকরো।
তোর্ব্বান তান্না চত্তুনা
খোঙমুংদা চেল্লিবা তুরেন্দা
ঈনখোন লোংখোক্রবদা
লরাইগী ইচল ইচেনা
লেমলৈ ওাবু ফাজবা
ওাইহাক মিৎয়েং তাজরো।
লমকোয়বা কনাগী পুক্নীংদা
অরা মুংওাই য়েৎনরে,
মায়ৈগে অমরোমদনা
মতুং মতম লোইস্তুনা
লৌবুকনা খোমলেন য়াতাইদো,
মায়ৈগে অমরোমদনা

অমুনবা মহৈ মরোংদা
খুঞ্জানা হরাওনরিদে।।

পোইম্ন লোইরকপদা—

বরাক তম্পাক মুংহুদা
লাই-ও হিংচাবা।
বরাক্নীদি নিংথৌ-ও।
থা তরুকী মিকপ্লে।
লোকচাও কমুং থক্তগী
নূংজাও নূঙ্গায় উচুক্তা
মশম ফাবৈ পুলম্বা
লৈনা লৈনা থোক্লক্লে
হাই হুম্না য়াওল্লে
চীংজাও নূংজাও নোয়াক্লে।
নোংদোন কোনবা থায়াক্তা
লোকচাও খোনবা নাতোন্দা
মুংশা ফুয়না হোল্লকলে
মৈথুগী মপৈ কামথোক্লে;
পাং তু-খোং লৌবুক লম্ফাং
মৈথুনা ইমম মমলে।
নোংদোন ঙাকপা কোরৌনা
সনরুম্বা দোলাই তোংহুনা
অতিয়াগী লানফমদা
লাই হিংচাবা থেংনরে।
মৈথী, তেন কাগুনা
মৈথুগী নোংলৈ থুগাইরে
লাই-ও হিংচায়া।

চীংগী লোকচাও মুংদা
মশা মউ হিকথনা
খুৎলাইনা থাছনা হাইথগ্রে
লাঞ্জং থোনা কবদা
পজেং ফিরাল থেৎপদা
চীংজাউদি লৈমনা
কুণ্ডো পরেং হুকচরে
অনি তন্না লুহোংলে
ভাইবঙ মালং হরাওরে।

রাকচিং লাকপদা—

পোইন্থু থাবুম হৌথরে
উনবান রাকচিং লাক্লনি,
লোকমুংগী ঈচেল খ্বাঙজেংবী
থক্রা উন্না কুপ্তুনা
হৈনীংদনা চেল্লিদো।
পামেল উনা কয়াস্থু
অমনবা মশা প্রছনা
মখোক লোয়ছনা কেল্লিদো,
থাইনা ঈ-রা শিন্থৈদো,
লৈরাং নিংথিবী কয়াস্থ
মথাদা উনবু কোন্দুনা
মনাগী কমুং থকুদা
অচিকপা তুমথুন হল্লিদো।
অহাংবা ফৈরা থক্রুদা
থক্রা উন্না পান্দুনা
চিকপক তোম্বা তোংলিবী

নীংবা কায়বা চেক্লানা
শিগী ঈরা চেল্লিদো।
বসন্তসু হৌখরে
শরৎ থাসু লোইরক্রে
অকেম থাসু থুংলরে,
নিংথমগী উন্না রৈবদা
মরোং মরাং তারুবী
য়াঙ্গংবী পামেল থক্তা
নায়তোম তাম্বী চেক্লানা
মাঙখিবা ঈশৈ তেংথারি।

---

২৬

## মুংশিং অমসুং লৈচিল

চীংজাউনা পলেমনি
পোথারি ঐহাক্না
পলেমগী পাম্বোমদা
অহিং-ও চুপ্পদি।
হৌগৎলে ঐহাক্না
হৌদোক্লে ইচনবু
তুম্লিবা লোকচাউদা
থাঙলিবা নুংজাউদা
নুংজাউদি নোমজুনা;
শান্নসি ইচল-ও
অতিয়া থকসিদা
জনগনু ইবেম্মা

লাকনি নবুংঙো
কোয়ৌদি থীন্দবা।
লাকচবদা কোয়ৌদি
নোকচরে ইচনদি
নোকফেত্তি তৌহুনা।
তিন্নরে অহুমদি
শাইরক্লে ঐখোয়দি
নোংদোন লীলাশঙদা
লীলাদি শান্নবা
মতমদি চাজনা।
মাঙখরে ইচনবী
তল্লবা ঙসাইগী,
নোক্লদি খেহুনা।
হাইনদি হুমহুনা
নোম নোমদি চংলক্লে
অনিগী কুম্মৈদা।
হয়াওরে ঐহাকসু
শক্লক্লে ঈশৈদি
মতমদা চাগ্নব:
কোয়চেন্দি চেন্জুনা
মখোয়গী মকোয়দা।
য়ৌরক্লে ঐখোয়দি
নোংদোনগী শান্নশঙ,
শেমজরে ইচনদি
নীংথিবা শকফমদা
শিজরে লীক্লাংদি

সনাগী পরেংদি,
উপচরে লুহুপতি
সনাগী কোকথোন্দি
শেচ্ছরে ফিজোন্দি
ঙাঙ্াবা মচুগী,
নিংথিবা নাপুগী,
মচুদি চামনা
নিংথিনা ফেল্লবা
ফিবান্দি চেল্লবা,
কোরৌগী মচুন।
ওকচরে মুংশিবু
কোনশিল্লে পামুবু
অহাংবা ঙৌরবা
পাম্বোমদি তরান৽
থোংলবা থবাক্তা;
চুপচরে মরুপতি
নোক্লরে মোমোন্দি,
নাঞ্জরে মুংশিনা
মোল্লবা থুত্তুনা
উনরে অনিদি
মুংশি উনশঙদা।
থুংছুনা নীংজবা
দৃত্তিগী পুরুীংগী
শকচরে ঈশৈদি
মিরবা খোঞ্জেলনা।
কায়বদা মরুপ,

কম্রক্নে ইচনদি

লিক্কাংস্থু ফোয়দংলে

ফিজোনস্থু হোংদোক্রে

শমলাংস্থ ফারক্রে,

থেমজিম্রে ইচনবু

কংশিল্লি পলেমদা

চৌংজাউদি লৈমদা

পলেমগী ভম্পাক্কা

নাবাবু শুমশুম।

হুংশিঙ্গী ভম্পাক্কা,

কুইদবা শকফমগী

অকুইবা নীংশিংবা

থনমই মুংশিনা

হৱাও মুংজাইগী

নীংশিংবা মালংদা

ঘাংনগী লেবাক্কা

২৭

# হায়য়ুদা মুংশিবা

মুমিত্তগী থাবুংদা,
থাবুংদগী চহিদা,
মুংশিবগী লংলানা
মথং মংথ লেংলকপা ;
হায়য়ুদা মুংশিবা
শিবা হায়বা অসিনা
অয়োইবা মনারা নহাক্কী ?

হুকচগে নঙোন্দা,
লৈরাং পরেং অসি,
কনাগুম্বা মালীনা
নীংথিনা লেংজবা
থম্মোইগী লংলানা ।
হায়য়ুদা মুংশিবা,
শিবা হায়বা অসিনা
অয়োইবা মনারা নহাক্কী ?

থাইন-শন্দুক মুংহুদা
ফজ চেংলৌ কয়াম্মু,
মুংশি লৈনম কয়াম্মু,
গুন্মাৎ-ঈশৈ কয়াম্মু,
য়োংকী পোৗয়োন চন্দুনা
লৈয়োন চেংনা থমজিল্লি ।
হায়য়ুদা মুংশিবা,
শিবা হায়বা অসিনা
অয়োইবা মনারা নহাক্কী ?

২৮

# শকনাইবম্নু নত্তেদো

শক্লাইবম্নু নত্তেদো,
শক্লাইদবম্নু নত্তেদো,
শক্লক্লি ঈশৈবুদি
থম্মোইগী বাঁশীদগী।
নাকোংনদি তাজদে
মাগী খোমৈ মুংশিবা,
মিৎমানদি উজদে
মাগী চেংলৌ নিংথিবা।
থম্মোই নাকোং অনিনা
তারি খোঞ্জেল মহাকী,
থম্মোই মিৎমা অনিনা
উরি চেংলৌ মহাকী

---

২৯

# কোবা

থম্মোইগী লৈকোন্দা,
পুন্সিগী বীণাদা,
ছয়ত্রিস রাগিণী পান্দুনা
খোংলো নহাকী বাঁশী।
কমাগুম্বী মুজাগী,
মাগুম্বী লাইরেম্বীগী,

মিরবা খোঙ্গেন্দা,
খোংলো নহাকী বাঁশী
বীণাগী মিরবা খোঙ্গেন্দা
কাউপ্রবা শৈরেং শৈহেক্লা
নৌহৌরো মাওপ্রবা ঈশৈ
অতৎপা নৈতবা স্মরদা।
অস্মৃত্বা স্মরগী সাগরদা,
ভক্ত-বীর কয়ানা
বীণাগী নৌ পায়ত্তুনা
থম্মোই হিদা তোংত্তুনা
পাংলি নহাকী মায়কৈ
হোল্লি অতৎপা নৈত্তনা।
থম্মোই নৈকোন হুংসিদা,
স্মরগী সাগর থকসিদা
তিম্নবদা নংগা ঐগা
হাংলে বিশ্ব সঙ্গিত নংগী
তিম্নে ঈশৈ ঐগী
ওইখ্রে মিলন স্মরগী।

৩০

# অরোইবা

পিক্রবা থরানমিচাক্লা
মপুং ফারবা থাবলদা
চিকপক চিকপক মাঙবগুম
মঙানগী ঈপাক্তা ভিনবগুম,
সমুদ্র ঈচাও ইরেন্দা
লাইজ ঈথক ঈপাক্তা
ঈচেল পিকপী তুরেননা
লাইজ ঈচাওদা লুপ্লগুম
চীক্লবা চীংগী চীংঙুংদা
তাম্নাগী তাম খোঙ্গেম্না
খোঙ্জেল লাশীংদা ভিনবগুম
নোংদোন ঈশৈদা মাঙবগুম
রাখননা ফংত্রেগা মীওইবগী
মিংফমনা তামথ্রগা নহাক্কী
নাকোংনা তাত্রগা মহাক্কী
থম্মোইনা শকত্রগা ঐহাকী
মাঙখিবা নত্তে মঙান্দো
লুপখিবা নত্তে ঈচেন্দো
ভোকখিবা নত্তে খোম্বাংদো
লেপখিবা নত্তে ঈশৈদো ॥

৩৬

# ঙকই

ঙকই ইবুংঙো
নঙগী নঙুণ,
খঙদবা খঙলে
উদবা উরে,
পুঙসু য়াওদনা
শেনসু য়ৈদনা,
শাজরে জগোই।
খোঙথাংসু চুমদনা,
শকচরে ঈশৈ ;
খোমলেসু হাণ্ডনা।
সুরুসু চুমদনা
তানসু থাদনা,
ইঞ্জরে নতুং।
মিংসু য়াওদনা
উজরে নঙবু।
নাসু য়াওদনা
ভাজরে নঙবু
খোঙসু য়াওদনা
হৈজরে চংপা।
খুৎসু য়াওদনা
শোকচরে নঙবু।
চীবসু য়াওদনা
তমজরে নঙবু।

ঙুমিংস্তু থোক্তবা
থাস্ত্রু ঙান্দব,
নোংস্তু চুদবা
ঙুংশংস্তু শিত্তবা,
অহিংস্তু লৈতবা
ঙুংথিলস্তু কংদবা,
লৈরিদো অস্তুম্বা
ঙুংঙাইফম ঐহাক্কী।

---

৩২

# নিদনা

খো'বিস্তুস্তু হায়জদে
খোংবিস্তুস্তু হায়জদে
অহুবু খো'লি নঙনা
নহাক্কী মুক্সী।
তাজগেস্তু নীংজদে
তাজরোইস্তু নীংজদে
'হুবু তাহল্লি নঙনা
থঙদনদি উদনা, নীংদনদি নিদম'।

---

৬৩

## মহৈ

লাকপিয়ু ইমা
মহৈগী লৈমা
কৎনবা লৈতে
লৈশিন্নু হৈতে ;
লৌবিরো শণ্ডসে
লায়রনা কৎপা
লায়রা শণ্ডগ্নিয়ু
লায়রা খাংপোক্‌পা
অহাণ্ডবা কাসি
কৎনবা লৈজদে
পীবিয়ু নণ্ডগী
থৌজাল লাইজ ;
হাংবিয়ু কাসি
লোঙ্গিবা খোণ্ডসি
অয়ানবা য়াইখুসি
মুংশিগী শোক্লেনা ;
লৈজদে থাওমৈ
কোকনবা মন্থা
পীবিয়ু থাওমৈ
ভাম্নবা কাসি ।
হাংবিয়ু খোণ্ডনাউ
চৎসন্নু মণ্ডান
ইপোমদি হৌনা
মায়কৈদি ভন্না ।

৩৪

# মিলন

চীংজাউ উনজাউ মপৈবু
লৈচিনগী মরোল মপৈনা
মথাদা কোন্দুন চুপ্লিদো।
লোইবী চীংজাউনা পোকচই
তম্পাক থক্তা চাউজবী
ঈকুৎ তুরেল কয়ানা
সমুদ্র লাইক্তদা তিপ্লিদো।
অমুবা বোংগী চী'ছুমবু
তঈংবা মুংশিংনা শোকপদা
তাইফেৎ তাইনা চুথরিদো।
পোমশাংনব লৈরাংনা
মন্নুং মতম ওইরগ
মনাগী কন্দুং থক্তদা
খোমলেন য়াহিপ তারিদো।
লৈচিনসু চুপ্পসনু,
তুরেনসু তিনসনু,
নোংসু চুসনু
লৈরাংসু কেনসনু,
তিন্দ্রবদ নঙগী
থম্মোইগা ঐগী
অরেম্বনি অরেম্ব
কান্নদবনি কান্নদবা।

---

৩৫

# হাংবিয়ু মুংশিবা

হাংবিয়ু মুংশিবা
নহাক্তী থোঙসে,
চুংশিংনা শিংপনে
নোংনা থোংবনে
মমনা মম্বনে
কিবনা নিক্লে,
ঙমজদরে লৈজবা
মপান্দা ইত্তোমদা,
হাংবিয়ু মুংশিবা
নহাক্তী থোঙসে।
কপ্পনা চোকথরে
পিগী ঈন্নানা
মিংলুদি থুমথ্রে,
খোঞ্জেনস্থ খোক্তরে,
হাংবিয়ু মুংশিবা
নহাক্তী থোঙসে।
হাংবিরে থোঙদি
মুংশি মুংশিরেম্না,
চঙজরে ঐস্থ
মুংশিগী কাদা,
ইঙাল্দি ঙালে
মম্বদি মাঙথ্রে ;
কচ্চরে থুয়াদা
পুক্কীং হকচাং 'নিদি !

## ৩৬

# ন্থংশি-শাইওন

ঙাল্লি,

ন্থমিৎনা নঙোন্দা অমস্থং লৈদা।

নোক্লি,

থাজনা মঙোন্দা অমস্থং লৈদা।

শক্লি,

তাম্মানা নঙোন্দা অমস্থং ঐঙোন্দা।

শাংলি,

লৈরাংনা নঙোন্দা অমস্থং ঐঙোন্দা।

অরেম্বনি,

ঙাল্লিবা, নোক্লিবা, শক্লিবা, শাংলিবা

ভিন্নবদা,

নঙগী ঈশৈগা ঐগী ঈশৈগা।

---

## ৩৭

# থিবা

শজিনা কস্তুরী থিবগুম

চৌং-মান কয়া কোয়হনা,

অহিং ন্থংথিল নাইদনা

কনাবু নঙনা থিব্রি ?

সমুদ্র ব্রাংমা লান্থনা

মরুগী লমদম পাংহনা,

মকা প্যালেষ্টাইন চত্তুনা
কনাবু নঙনা থিরি ?
কোরান মাঙদা থাহুনা
বেদ নাকন্দা য়েপ্তুনা,
অরাংবা শ্লোক থীহুনা
কনাবু নঙনা থিরি ?
লাইগী শেংলবা মন্দিরদা
গেরুরা ফিজোন শেত্তুনা,
ঈরাৎ পূজা কত্তুনা
কনাবু নঙনা থিরি ?
থিরিবা অচুপ হেনবনি লাপ্পা
লৈবনি লাইজ-য়াওদ-পুখ্রী ;
শাৎপনি মরু-য়াওদ-থম্বাল
পাম্বী য়াওদবা লৈরাং।
মাইমু ওইনা তোংজরু
লৈাহ পেম্বা চুপচরু
অমুকপু চঙস্রবা
থম্বানগী সুংহুদা,
খঙলরোই থোকফম
ঙাওগনি থোইহীনা,
চংলো ফকীর
অমুক থিরুহু তোঙারা।

## ৩৮

# লাক্লে

লাক্লে ইবুংঙো
নমখাওস্থ থোন্দে,
চূরাস্থ উপতে,
বাঁশীস্থ খোংদে,
নূপুরস্থ শিন্দে ;
'হাওবা হকচাংদা
হুক্কনি করম্না
লৈরাং পরেংসি ?
ইকাইনি নহাক্লা
উবদা ঐহাকপু।
চেনগনি লোৎপা
য়াবিরোই উনবা।
চৎকনি ঐস্থ
'হাওবা হকচাংনা।
হুক্কনি লৈরাং
কোনগনি মুংশিনা,
চুপকনি পাম্মুনা
থেমগনি থোংনা।

---

৩৯

# লৈজদে

লৈজদে কৎনবা
নগুনা অহাংবা
অচম্বা পাত্রসি,
থওজদে থিজবা
লাইজগী ঈরিক
চোম্নবা পাত্রসি।
শাৎহল্লু, শাৎহল্লু
থম্বাল চামনিপান
লাইজ য়াওদ পাত্র;
থলহল্লু পাত্রসি
সুংশিগী লাইজনা,
চুপচগে খোইহৌদি
থম্মোই খোইমুনা,
য়েলহল্লু লৈনম
লোইদবা মতমগী
তত্তবা ঈচেনগী।

৪০

# লৌবীয়ু

লৌবিয়ু প্রভু
অরেম্বা যন্ত্রসি,
তাহ্না লৈরে
কাম্নদনা অরেম্বদা।
যন্ত্রদি পীবিরে
খোংবদি হৈজদে,
অমনবা বীণাবু
খোংবিয়ু নহাক্না।
অহাঙবা যন্ত্রবু
শকপীয়ু নহাক্না;
অরিবা বীণাবু
নৌহৌবিয়ু নগুণনা।
করিনো মুংশিবা
তোকপদা খোংবিবা,
থোংলবা খুতুনা
তারে অরেম্বদা।
ইনৌদি নৌনা
শকপীয়ু ঈশৈ,
অহাংবা যন্ত্রসি
অমনবা বীণাসি।

৪১

# ফিজোন্দি গেরুৱানি

ফিজোন্দি গেরুৱানি
চৈত্ত পায়বা সাধুনি,
পায়রি খুত্তা লুপাগী তেঙ্গোং,
লমজাওদা কৈথেনদা শোরোক্লা
কোয়রি ঈশৈ শকুনা ;
হিন্দু মুসলমান অমত্তনি।
সপ্ত সিন্ধুনা পোকপনি
লাউ লাউ ইচিন ইনাওশা
তেঙ্গোংকী ঈশিং থক্লো লাউ
স্বর্গদগী পোরকপা তেঙ্গোংনি।
উগনি মাসিগী মমুংদা
চেনবনি সপ্তসিন্ধুনা,
গঙ্গা ভাগীরথী পুন্না
হিমগিরিগী নাপোমদা
চেনবনি তোরৈ থেক্লা ;
লাইজ পীবি গঙ্গানি
চাকহোং ভাঙোংবী ভারত্তনি,
থকমিন্নবনি গঙ্গাগী লাইজ
চামিন্নবনি ভারতকী লৌবুক
শকলিবনি স্বর'মতগী ঈশৈ।
অমুকম্ম মুন্না য়েংউ
ঊরোই হিন্দুসু, ম্লেচ্ছসু
ঊরোই মুসলমানসু, য়িহুদিসু

উরোই কৃষ্ণসু, অল্লাসু
উরোই ঈ॰াইসু ফকীরসু
উপনি লেঙদবা অচুম্বদি
অহিংসাদি ভাকপীহৈবা
প্রেমদি হুংশিহৈবা।

৪২

## হে কিগনবা

হে কিগনবা,
মী ভাখিনি হায়রুনা
রা ভাংজদে নহাক্না
মীনা চৈনি হায়রুনা
ঈশৈ শক্তে নহাক্না।
চাউথোকই শায়নি কিবনা
চত্তে নিংথৌগী লম্বীদা
খোন্দে নিংথৌগী ফিজোন
ইলহন্দে লোইন কনা।
ঐবুদি কিগসু নহাক্না
লাপ্পা নতুং ইঙ্গগে,
নঙগী খোঙথাং তাজগে
নঙগী থবক থুগাইরোই।
লম্বী চৎপা মখোয়দা
শকচগে নঙগী নঙণ,
পৌদাত্রবসু নঙনা ঐবু
খঙবিত্রবসু নঙনা ঐবু।

৪৩

# হে শকখঙদবা

হে শকখঙদবা,

কান্নদে নমিং হংবগী
কান্নদে নফম খিবগী
কান্নদে নশক খঙবগী
চিংবীয়ু ঐবু দূতিশিংদা

য়েচ্চরোই নঙগী ৱাঙাংদা
হংজরোই 'করি য়াথং'
য়েংজগে ঈঙ্গিত্তবু নঙগী
তৌজগে 'হুগী মতুংইন্না।

শকখঙদবা মপুবু
লান্না সেবা তৌরবস্তু
নঙগী অচৌবা নগুণনা
ঙাকপীয়ু চামরক্তি।

অরাবা লীশীংনা কোকথক্তা
ঈন্না লীশীংনা মিংলুদা
হুমাং লীশীংনা হকচাংদা
নংলবস্তু মপুগী সেবাদা

খনবিস্তু নহাক্না ঐহাকপু
ৱারে হায়না সেবাদা
নোকপীয়ু মোমোন্দি
পেনবীয়ু পুন্নীংদি,

থিজগে লমজিংদি
সেবাগী লম্বীদা
পেঙ্গগে ঐহাকস্থ
থিবদা নহাকপু।

---

## ৪৪
## ঙৈশেংগী ঙৈশে

চোইজাইনৈ শমলাংদি থাজগী
মহি চেনবগুম লুপাগী,
চাইথরি লুপাগী লিক্লাং
চুথরি মঙানগী লাইজ,
পাথরে লুপাগী লেন্না
কুপংশ্রে মালেম কবোকচাইবগুম
তানবগুম অরোইবা য়াহিপ
থাইনা শম্ব, কম্বুংহুদা
মুজা পারি কনানা,
চীকশ্রে অহিং তাংলো
ঙাংশ্রে ভাইবং মালং।
কনানো থোংলিবা বাঁশী
থেংলবা অহিংদা অস্থুম্বা ?
শান্নরো নহাকী রাখল
থাবনগী ইপোম ঙানোম্বা ;
তাজরো বাঁশী থোঙ্গেল
থম্মোইগী নাকোং অনিনা ;
শান্নরো নহাকী থম্মোই

অহিং তাংলো অচীকপদা ;
রাখল ইরেম্মা নহাক্কী
থম্মোই লকানা নহাক্কী
চীনবাম্মা মমুংগী নহাক্কী
শকউ ঈশৈদো পুম্না
শুর অমতদা তিন্না।
পাথরে থাবনসে মপান নাইদনা
পানখ্রে অচীকপসে ওমথৈ লৈতনা
ঈংখ্রে ঈশৈসে হায়নিঙাই লৈতনা ;
শান্নবো লীলাশঙ অসিদা।
লাপথ্রে উন, লেন, নোং, নুংশিং
মাঙখ্রে অরা-অনা-মৈশা তাইবংগী।

---

## ৪৫

# তুমখ্রে অঙাংদি

তুমখ্রে অঙাংদি
তম্পাক্তা মমাগী
উইশিলহল্লি কনানা
মিৎস্নাহু নীংথিবা।
পলেম্মা শকচবা
অর্থদি য়াওদবা
তাবদি নুংঙাইবা
ঈশৈনি লাউস্নমগী।

নোকইদো অঙাংদি
হুরাওইদো নারাদি
নোকহল্লি কনানা
চেংলৌহু নিংথিবা।

নোকহল্লি পীথ্রাই খোংস্রাইবীনা
মঙোন্দদা উহনবা চেংলৌনা;
হরাউজৈ মহাক্না
উজবদা নঙন্দা মমাগী।

য়ৈবহু থাজগী মঙান্না
লোইরমদাই লৈচিন্দা শরৎকী;
ফাওইদো মশাদা মহাকী
হুম্বহু নামিবনা অয়ুকী।

পেঙ্গৈ অঙাংহু
পেলহল্লি কনানা
চেংলৌদি থঙদনা মমাগী
থকচবনি খোইহৌ পলেমগী।

৪৬

# ইঙাগী অতিয়াদা

ইঙাগী অতিয়াদা
পুমম মম্রে নোংনা
ফুইনা হৌবা নোংলক্তা
শিংলি মুংশিংনা লাউথোংনা
নোং মুংশিংকী মরক্তা
কুপকেং ঙাম্থোক্লি নোংথাংনা
তিন্নবদা নোংগা মুংশিংকা
থোক্লি অকিবগী খোঞ্জেল।
লৈরগা ঙাইহাক পুজোই
ঝম ঝম চুরক্লে নোংনা।
কুপ্পা তোকপ্রে নোংথাং
খোংবা তোকপ্রে নোং।
মৈ, ঈশিং, মুংশিংকী হকচাংবু
অরাম খৌরাংলবা থম্মোইবু
লাউ খোংনা থাঙলিবা থব্রায়বু
শোকলদা নহাক্না থুদক্তা
নেমপ্রে পুম্নমক অচৌকপদা।
তাউথরে মুংশি লাইজদা
অন্না-অনা, অকি-অথং,
লুপখ্রে চাকলম্বা অকাউবদা।
ঙাম্লে অনৌবা রাথল
অতিয়াসিদা ইঙাগী
শক্লে শৈরেং শৈশক
ফজবা 'সিদা মালেমগী।

## ৪৭

# মহারাণী

ভিক্ষারী — খুরুমজে হে মহারাণী
নিংথৌরেনগী মবেম্মা
নহাক্কী সিংহদ্বারদা
ঙসি অহাঙবা ঝুলিগা
থুংলরে ভিক্ষারী ঐহাক্না।
ভিক্ষা হাপ্লো লাও
ইমা ভিক্ষা হাপ্লো লাও,
ঙসি ভিক্ষা হাপ্লো লাও,
লোইদবা মুংশি পীরাংনা
থলহল্লু অরোইবা ঝুলিসি।
চংজরুই নোংপোক নিংথৌদা
হল্লকই সনা লঙ্গৈ পীহুনা।
নিজরুই নোংচুপ নিংথৌদা
হল্লকই লুপা লঙ্গৈ পীহুনা।
হায়জরুই খাগী নিংথৌদা
উৎলকই নিংথৌগী মতিক।
হঙৎলুই হিমগিরিগী মবুঙোদা
থারকই বৈষ্ণবকী আসন
হল্লকই অহাঙবা ঝুলিগা।
ভিক্ষা হাপ্লো লাও,
ভিক্ষা হাপ্লো লাও,
ইমা ভিক্ষা হাপ্লো লাও।

মহারাণী— হে লাইনীংবা হে ভিক্ষারী
তাইবঙ মালং লমকোয়বা,
তাইবঙদা ফংঙমদবা ভিক্ষাবু
নিরিবা করম্না ঐঙোন্দা ?
অতুম্নদি ওইরগা
চংজরকপা ভিক্ষারীবু ঐঙোন্দা
কত্তুনা থরদদি
হনখিনি করম্না লেম্না।
নৈজদে কৎনিঙাই ভিক্ষা
তাকচগে লম্বেল ভিক্ষাগী—
শকচরি শৈরেংনা থম্মোইমুংদা
ওইরিব তীর্থ মীওইবগী মাতুদা
শোন্দুনা মন্ত্র অসি
পায়তুনা অহাঙবা ঝুলিসি
চীংদা, মান্দা, লৈচিন্দা, লৌবুক্তা
কোয়রুচো তাইবঙ মালং।
লোইদবগী শৈরেং লেংলিবা।
তম্বিরু নোংদোন মুংশিত্তা।
ওইরিবা লোইদবগী সাক্ষি,
তম্বিরু অমুবা চীংজাওদা।
হোল্লিবা লোইদবগী ঈচেন্দা
তম্বিরু লৈচিনগী ঈরেন্দা।
লেংলিবা অর্থ য়াওদ—শৈরেং
তম্বিরু সমুদ্র ঈরাওখোন্দা।
কারগা শৈরেং অসি
কোকনি খোরাংবা নহাকী।

---

## ৪৮

## অভিসার

থেংলক্রে অহিং তাংলৌ
তারকত্রে মীচিক নাচিকখোন
খেকনা লাউনা মালংবনা
নম্মক্রে য়ুমথোং থুদিং।

ঈহুন ফংবদা মালংবগী.
রা রা লাউরক্রে মপৈনা উনাগী
শেমশাবে ঐনা অভিসারগী
তৌরক্রে যাত্রা অভিসারগী।

নিন্দুংগী থাসি ওইবনা
শুক্রা কিনা মম্বনা
লম্মাংনরে পাক্রা লক্কাংদা
মাওত্রে ঐগী লমজিং।

নোংদোন কোরৌথক্রুদা
চিপক চিপক পাইরিবা
লৈচিন্দগী নাইতোম লেমহৌবা
ডাল্লি কুফেং কাফেং।

ডাল্লি নোংথাং মগুান মশেক্রা
ইন্দুনা মাহুবু
খিহুনা মাহুবু
পাংলক্লি অভিসারগী মাইকৈ।

ডাল্লিবা মশেক থুদিংদা
থাংহুনা খোংকাপ ফুইনা ;
লানগানি লক্কাং অসি
মম্বনা মপান নাইত্রবা।

## ৪৯
# মুংঙাইবা অহিং

লূরবা মুংথিলগী মতমদা
নীংথিনা শেয়বা কাদা ঐগী
নীংথিবা মোম্পাক্তা ফরাংজিগী
তিংথোক্লে অঙৌবা ফিবুম ।

ৈলতেংলে রেশম মোম্লেক মোন্দুম
চাইথোক্লে লৈ-শু, মখল মখল
লেংজরে লৈগী পরেং তোঙান তোঙান
হাংদোক্লে থোঙজাও থোঙনাও ।

গঙ্গাস্নান তৌদুনা
লাইনিংনগী ফকচেং 'মদা
টৈরেরোম মচু শেত্তুনা
খুত্তা মালা থীদুনা

মুমগী কাচিন অমদা
ঙাইরমই প্রভুবু ঐনা
থনমই মহাকপু থুপনা
লাংলমই থম্মোই লাইমুমদা চেংনা।

মমশিল্লক্লে লেঙলক্লে ইবুংঙো
নীংবা কায়দুনা ঐহাক্না
লোনশীল্লে থোঙজাও, থোঙনাও
মুথংলে মুমগী থাওমৈ ।

অহিং তাংলৌ থেঙবদা
তুম্বা য়াত্রবা ঐনা
তারমই মুরুম মুরুম মপান্দা
লেঙলক্লে নীংদুনা ইবুংঙোবু ।

য়েংলুরে থোঙ হাংদোক্লুনা
লৈরমদে কনা অমতস্মু,
ছুম্বদা য়ুথকী নামিবনা
থোকপনি উনাগী খোঙ্গেল।

ঙাইহাক পুঙ্গোয় লৈরগা
ইঙান ঙাল্লে কা'দো,
মঙাম্লি নীংছুনা ইবুংঙোগী
য়েংলুরে থোক্লুনা মপান্দা।

লৈরগদে কনা অমতস্মু
লাকপদা থাবলগী মঙাম্না
য়ুমগী থোঙনাও অংহোবদা
চাইবনি মঙানগী মশেক।

অর্রা-অনা মৈশারক্তা মীংওইবগী
লাকই অস্সুম্বা অহিং ঐগী
লাকপীদে ইবুংঙোদি কৈদোইঙেনা
ঈরাং পূজা কয়া তৌবদা।

---

৫০

## মহারাজ

লেঙলকনি হায়তুনা মহারাজ,
অয়ুক য়েন্দা অহানবদা
মায়কৈ মরিদা সহরগী
পাউজেনবশিংনা খুল্লকী
চেম্মোকই লৈকাই খুদিংদা।
লৈরক কোন্সাং খুদিংদা
খোঙগাল থোঙগাল মপাদা
য়ুংখংলে লফু লউ
কংলক্রে ঘটকী পুজা
থারকলে ধ ূপ থাওমৈ।
লোইরক্রে মু'খিলগী মতম
লেঙলকতরে মহারাজদি
শীংলক্রে প্রলয়গী মুংশিং,
শঙলিবা প্রজা অপুন্বা
চেনশীল্লে ময়ুম ময়ুমদা ;
লৈপ্রে থোঙ লোনশীন্দ্রনা।
ইমুং শোর তৈরগা
কৈথেল য়ারেকপা অঙাওবনা
পাউ ত্তংই অহিংগী।
নোং মুংশিং মতুংদা ওরাংগী
লোইন কনা য়াওদনা
লেঙলকলমই নহারাজদি।
অঙাওবা মুপা অসিনা

শন্দোকুনা অরানবা রা
দতি ফংগদ্রা কিবনা নিংথৌগী
ফাহুনা প্রজা ময়াম্না
থমগ্রে মাবু কৈশুমশঙদা
থুম্লগ্রে ঙরাংগী রাফম।
কৌখৎলমই অঙাওবা, নিংথৌনা
কৈশুমশঙদা থমখিবা ঙরাং।
"নিংথৌ খেংনবা ঐতনি,
খাঙলমই ঐদি অচিংচুম্বা" :
অসুম্না অকিবা লৈতনা
হঙ্গৎলমই অঙাওবনা নিংথৌদা।
খাদোকগ্রে অঙাওবা খুদক্তা
মনা মথুম পীহুনা নিংথৌগী।

---

৫১

# চৎখ্রে বাপু

চৎখ্রে বাপু, চৎখ্রে,
বাপু ঙসি চৎখ্রে
মাগী কোলোয় মুংশিবা
থনমলে মতমগী নীংশিং ঈপাক্কো
হকলমলে মতমগী খোঙ্গুল
তাইবঙ নীংশি' নুংপাক্কো।
মতমগী তোর্ব্বান চাংজোদা
পাক্কা শল্লবা মালেমদা।
লেংদবা উরোং খিলহৌরে
থম্মোই স্মৃতিগী মুম্বী মুংহৌরে
লোইবা লৈত্তবা মতমগী ঈচেলদা
লোইবা নাইবা ঐখোয়না তেংথাজরি মহাকপু।
মীওই'গী মপোকনা লোইত্রিখে
তাইবঙগী ঈশৈনা লেপত্রিখে,
হে শান্তি দূত. হে শান্তিগী নিংথৌ.
সত্য, অহিংসা, প্রেম
তাইবঙগী মন্ত্র অহুম নহাক্কী
চেলহৌরসনু থম্মোইগী ঈকুত্তা
মীওই'গী
তিনপ্রসনু লোইবা লৈত্তবা ঈপাক্কো
মতমগী
থনমলে গান্ধী রাজাজী চুক্তি
মতমগী লেংদবা মুক্তি।

চৎহৈদবা চৎনরোল বৈশ্য ব্রাহ্মণগী
মৎহনগ্রে তাইবঙ কন্যাকুগী,
ওইগ্রে থৌবু অনিগী
প্রেমগী খুদোল কৎনবগী।
শূদ্রনি মহাক অচু অতোনবা
কৌবনি য়াইথিবী হরিজন হায়না
চৎলি অতোনবা মহাকনা
অনৈবনি হায়না মতাইদা;
চৎলি মখোয়
ব্রাহ্মণ; ক্ষেত্রি, বৈশ্য,
অরুবনি হায়না ময়ায়দা;
হৌগ্রে বাপুগী অনশন ব্রত,
চিংশিল্লু মখোয় অচু ময়ায়দা
লাম্না খল্লিবা "অনৈবা" মখোয়দা
পীগনি একতাগী লমজিং
থৎকনি য়েকনবগী খুঞ্জি।
সামাজিক বিপ্লব ঙসিগী
রাজনৈতিক বিপ্লব মীয়ামগী,
থৎনবা য়োঙ্লিং সমাজগী
মীনাই নাইথাং কোক্লবা ইরৈবাকী,
শোল্লবা ফকীরগী কল্লবা থম্মোইদা
মেঙলবা অহিংসাগী হৌরবা খোঞ্জেল
তাবদা হৌরে মুপী মুপা ময়াম
শিবা নাবা কিদনা মীয়াম।
হাংলে বিশ্বনাথ মন্দির প্রেম ভক্তি পাঙ্গম্না
পুল্লে অপূম্বা জাতিভেদ লৈতনা

চৎখ্রে মতীক চাউবা মলেশ
প্রেমগী লৈরাং হুকপদা।
নিংথৌ নিংথৌরেল কম্বাস্থ
য়াতাখ্রে সনাগী শম্ভু কম্মুংদা
খিল্লমই উরোং মিংচৎকী
ফুরা দোলান সনাগী ;
অদুবু কদাই কাওবা মতমদনা
সাক্ষি ওই মখোয়গী
হায়বা ঙমদে মীওইবা
তম্বা ঙমদে নখোয়দা ;
খণ্ড প্রলয় অমদা
মৈচাক মৈচৌ য়ুস্থায়াবদা
য়োৎখি পৃথিগী গর্ভদা,
লুপখি সমুদ্র ঈয়ায়দা।
মন্দিরস্থ সনাগী
নিংথিবা মণি মন্দির নিংশিংবগী
তিনখি অকাউবগী ঈপাক্তা
লুপখি মতমগী অমম্বদা।
সেনাপতি, জেনরেল, ডিক্টেটর
পুম্নমকপুম্ন চিংখদনা হায়মু,
মতমনা লোইথ্রগা শক্তিনা চায়থ্রগা
কদায় মখোয়গী রাজনৈতিক দর্শণ ?
তিনখি অকাউবগী ঈপাক্তা
নোইহৎলি মতমগী নোংলৈনা
মখোয়বু হেনবা শক্তিনা।
ভাকলি অতৎপা লৈতনা থম্মোয়দা।

অরেম্বনি হিংসাগী শক্তি
হিংসানা হেল্লগা মাংবনা থনবনি;
পৃথিখোনবা হিংসাগী মৈরিদা
শিগনি তাইবঙনা পাংবনা মৈরানপুম।

হায়ম্মু কার্ল মার্ক্স, লেনিন
ষ্টালিন, সম্রাজ্যবাদ নেতা চর্চ্চিল
পুম্নমকপুম্ব হায়ম্মু চিংখদনা
জগৎকী রাজনৈতিক গুরু মখোয়।

কদায় কাওবা চুপ্নি,
মখোয়গী রাজনৈতিক পান্দম
লাক্লবদা বিজ্ঞানা অয়োবী থাক্তা
ইল্লক্লবদা টেক্নোলোজিনা থম খেংনা?

বিজ্ঞান টেক্নোলোজি চাওখৎপনা
পৃথি অমম্মুং জগৎ পিকশিল্লক্লবদা,
অমরোমদা মখোয়গী শক্তিনা হোৎনরক্লবদা
লুপহনগে জগৎপু অকিবা অমম্মু অশুকপদা।

মার্ক্সবাদ সম্রাজ্যবাদনা থল্লমদবা থল্লক্রে
উরমদবা উরকলে, তারমদবা তারক্রে,
অদুবু হায়বা ওমদে কনামত্তনা
করি তৌরকদগে অমুকম্ম বিজ্ঞান
টেক্নোলোজিনা।

অদুবু লাউরি গান্ধীবাদনা
থাগী খোঙচৎ হোংত্রি
মুমিৎকী খোঙথাং কায়ত্রি,
থরানমিচাক মফম লেংত্রি।

ঘুমিংনা. পোকহল্লি হিংহল্লি
জীব পানবা পুম্নবু
থাজনা নোইহল্লি চাউহল্লি
লেংলি-পাল্লিবা কয়াবু।

থরাম্না পীরি তত্তনা
ঐখোয়দা অচুম্বা নোংদোন পাউজেন
পুম্নমক সত্যনি, পুম্নমক অহিংসানি,
পুম্নমক প্রেমনি, মন্ত্র অহুম বাপুগী

কনানা কৌরি মহাকপু 'নাস্তিক'
কনানা কৌরি বাপুবু 'অহিন্দু'
কনানা কৌরি মহাক্নাবু 'ঈশাই'
কনানা কৌরি ফকীরবু 'ইসলামগী দুষমন'

খংদবদগী হায়বনি, য়োদবদগী উদবনি
বেদমন্ত্র, কোরাণতত্ত্ব, বাইবল সার্মোন
পুম্নমক্কী মঙান ফাওবনি
অমত্তা ওইনা উবনি।



৫২

# শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ হলক্কার

নিংথৌগী চেক্কী সনথোঙ রাংমদা
তিল্লক্রে হোলিগী ডোল ডোল,
অঙাংবা, অঙৌবা, নাপুনচিংবা
কাঙলুপ কাঙলুপকী ওইবা মথল মথলগী
খুৎহৈবা খুৎহৈবী কয়া কয়াগী তোঙানবা নমুনাগী
য়েক খোংলবা ফিরাম্না নুংশিংকী মাঙ থাদুনা
হাই হুমলি নিংথীজনা ফেরে ফেরে।
নিংথৌরেনগী সনক্লপ্পা ফিরাম্না
অঙাংবা, নাপু, অশংবা মচুনচিংবনা
ঙাম্বোইরি হোলি পরেংশিংগী মাঙদা।
শ্রীগোবিন্দগী সনাগী মন্দিরদগী
নিংথৌগী সনা শঙ্গাই নিংথীজবদগী
মোইবুংগী ধু তু-রু-রু খোম্বাংনা
তাক্লি মঙমচানা খোঙশান পুংফম।
মোইবুঙগী য়াইফ খোঞ্জেলনা
অহাঙবা অতিয়াদা নুংশিংকী মাঙ থানা
গু.রুং গু.রুং ঙংলি ফীরানগী নাক্ত।
হোলিগী ডোল খুদিংমকনা
পায়দুনা মাগী মাগী ফীরান
লেঙলক্রে পরেং পরেং মাগী মাগী তাফমদা।
শঙ্খ চামা, পেরে-শৃঙ্গা, সেতার, খঞ্জুরিনচিংবা
যন্ত্র চাম চামগী হৌরবা খোঞ্জেলনা
গুরঙ গুরঙ—রা রা লাউরক্লে অহাঙবা অতিয়াদা

মীতগী ঈথক হৌরক্লে নিঙ্করে।
ঈথক ইপোম খুদিঙদা লানঙম ফিরাম্না
চেল্লী মুংশিং মায়রম পাংনা;
শমোক গাড়ী মথক্তা
নিংথৌগী চাউরবা পুঙলেন-পুঙজাওনা
অঙাংবা অশংবা নাপুগী শনজাপ
মথল মথলনা লৈতেংহুনা
অঙৌবা পে খন্দুনা থক্তা
শনরুপ্পা ফিরান্না লৈতেংহুনা মাইকৈ মরিদা
থারম্মী যাত্রাগী মায়োকপু;
পুঙলেন পুঙজাও য়ৈবা সারথী
মখুত্তা চৈবুন পায়হুনা
মরক মরক্তা থীল্লকপদা
পুঙজাওগী দরঙ দরঙ মখোম্না
ঈথক হৌরকলি মীয়ামগী তেঙ্গোলদ'
মাঙদা নিংথৌরেলগী বাজায় খোংবা কাঙবুনা
খোংলি যন্ত্র মথল মথল কয়াবু।
সিপাই ফৌজ ফৌজনা
মখুত্তা নোংমৈ পায়হুনা
লৈতেংলি মীয়াম খোঙচৎকী মাঙদা।
নিংথৌগী থৌগল, লোইয়িন কয়ানা
থাং, তা, চুঙ্গোই, মুসল, মুদগরনচিংবা
খুৎলাই মথল মথল পায়হুনা
লৈতেংলি সনা থৌগলবু নিংথীজনা
শামু য়াইশা, শগোল য়াইশা
নিংথৌগী থৌগলশা কয়ানা

থক্ক সনরুপ্না ফিজোন কুপ্তুনা
'থৌগল্ তৌজরি মাঙদা চেকশিন্না
কুম্মৈ ওইরি মিংকী তথক তথক্রুবা॥
উরুরগা অসুম্বা শকফন,
স্বর্গগী মবুংঙো ইন্দ্ররাজনা
কুমহুনা মালেমদা লাইয়াম সঙ্গাগা লোয়নলা
ইমা পৃথী লৈমম্বু অনৌবা যুগকী
অনৌবা শকলেন পীজম্মী।
অহুবু নীংথীজবা পুম্বহু
শুমজনিঙাই মতৌনি পৃথী পুম্বলা
বারী ওইনা লৈহৌরি হৌজিক
ময়েক ওইনা উগ্রসোই 'তুল্লাং
মাঙখিবা শৈরেং কয়ানা
শাংকায়বা ওমদকজম অয়েম্বদা
তেনখীবনা অশৈবকী পুজি;
লুপপ্রে লাইমরুা কয়কনিঙাই
শ্রীগোবিন্দগী হোলী 'লোয়নবা
মতমগী অহোংবা ঈচেলগা ভিন্নবা।
মৈতৈগী অয়ং অয়াক লৈতেংগী ঈনাং
ভানবা ফংলরোই অমুক কৈদৌনু'দা,
গৌরলীলা, শঞ্জেনবা মুখংনিংল'মু
থঙবা রাংপদগী থিজিনবা শোনবদগী
চৈনিংলবসু উবা ফংদবদগী
নিংথীবা ফজবহু অরু অহেনবহু
হল্লক্রোই অমুক মপোক অসিদা
বারী লাইরিক্তা পাক্নগা—

খোয়রাং খোইশাওগনি পুকনিংসি ;
তত্তনা হংগনি মীওইবদা
পাম্বয়া অরুবা অরঙ অরাকী লৈতেংগী কদা
অচুনা নত্রগা অসিনা হেনবয়া ?
হৌজিকী শরু ওাক্নী অমাংবা তাইবঙসিদা,
অরিবস্থু হন্দোকস্থু করবদি
অনৌবস্থু লৌশিন্নু চাওখৎলবদি
লংলা অমতনা লেংবা লৈরাং পরেংনি
অরী-অনৌগী শক্তমনি পুন্সি অসি।
শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউগী যাত্রাসি আৎভ়াদা বিজয় গোবিন্দজিউগী
কুম্বোনী ভোঙান ভোঙানবা অরং অরাকী লীলা।
মচু লীলাং লীলাংগী লোইন খোপল
লৈরমলোই করিগুম্বা মকমদা মালেমগী
অস্থুক য়ায়া চংখোনবা লৈতেংগী কদা
কৌবরা অহংকার ফজমনখিচুনা হলক্কার ।

৫৩

## রথ যাত্রা

মোইবুংগী তুধু তুধু তারক্লে,
ধাশীগী উরু উরু খোঞ্জেলনা নিঙ্গক্লে
শেনবুঙগী ধুঁ ধুঁ ঙংলক্লে
শোরোক্তা, লৈরক্তা, থোঙদা, লম্বাংদা
জয় জয় খোঞ্জেলনা
মায়কৈ তরা নিনথরে।
লম্বী-থোং, লম্বাংদা মীগী কিডৌ কৌথরে
মীগী কিডৌ মরক্তা রথকী চাকানা
গত্রক গত্রক খোঞ্জেলনা নোংদোন অতিয়া নিনথরে,
অসুম্বা মীকোকী ঈপাকসিদা।
মুংঙাইবগী ঈথক হৌরক্লে,
কনানা জগোই শাজরি।
কনানা খুবাক খুজরি, কনানা ঈশৈ শকচরি,
কনানা পুঙ য়ৈজরি, কনানা শৃঙ্গা খোংজরি
মাংগং, ঝাল, কোর্তাল যন্ত্র কয়াগী মখোয়া
খোঞ্জেল অমত্তদা পুনশ্রে, পুয়মক পুমনিন নিনথরে ;
মকম মকম খুদিঙদা—
জয়গী খোঞ্জেল তারক্লে।
কিশেং শেংপী, কিডৌ শেংপী মুপী কয়ানা
"জয় জগন্নাথ খোল্লাওনা খোঙ্গাং হাংনা শরুক্লে ;
কাওহাই চামোম হয়ক্লে লৈপী খুবাম কচ্ছরে
পুকনিঙ হকচাং অনিনা শ্রীজগবন্ধুবু ওকচরে
মিংকুপকীদি মহুংদা
অয়াবা পুৰা কোকথরে।

মুংঙাইবতা মঙাইরে, ঙহাক, মহাক, ঐহাক
তিল্লারে অমত্তা ওইন্না, খেন্নবা কৌবা লৈখিদরে,
লাকসমু রথ যাত্রা মিংকুপ্তা মীওইবগী
লৈহৌসমু থম্মোয় লায়ুমদা মখোয়গী
চীক্লবা মতম অমদা
ঈংনা পোথারিঙৈসিদা।
ইথন্তগী থম্মোয় ইশাইগোন্দা তূমিন্না লোয়া
অসুম্বা রথ যাত্রা তাইবঙগী মুংশিবনা থল্লবা
থম্মোই লকামুংদা য়াকাইরে মীওইবগী
শাজরে জগোইস্সু পুকনীং চঙনা কচ্ছরে দানস্মু
তিপ্পরে ঐহাকী থবায়
মুংশি লীলাসিদা পুকনীংস্মু।
কচ্ছরিবা দানসিগী মিংকুপ্তা ঐনা
কংলিবা মুংঙাইবসি খুদক্তা থম্মোইদা
দাননি পুক্লিশিংগী, মুংঙাইবনি মীওইবগী
হে মুংঙাইবগী মপুও ! তাইবঙগী পীনহৈবা মরূপ !
মফম লৈতে অককপা নহাকী মুংঙাইবা
মফম লৈতে অককপা নহাকী পীনহৈবা।
থোকত থোকউ খুদিংদা, লৈরু লৈরুবা মফমদা
চীংদা, পাম্তা, লৌবুক্তা, লৈচিন্দা, উরক্তা, মীরক্তা
শান্নরি নহাকী লীলা থারকপা তাম্দা
পেন্নরি মীওইবশিংনা ফাওরকপদা নিঙজবগী মহৈ
জয় ওইরে শ্রীজগবন্ধু
তাইবঙপুম্বা পুন্নে মঙোন্দা।
হন্নাওরে পুরীগী জগন্নাথ ক্ষেত্র
থৌগল্লে জগৎকী মপু শ্রীজগন্নাথ,

মুংশিনা থোল্লবা মিংলেন "জগৎবন্ধু"
তাইবঙ মীওইবগী মরুপ মহাকপু
তিল্লে হিন্দু, মলেশ, ঈশাই
য়িহুদি, হরিজন, গিরীজন।
পুল্লে মখোয় পুম্নমক মণি মন্দিরদা
জগৎকী মপু শ্রীজগন্নাথজী
পুম্নমক্না ফংজরে দর্শন মহাক্কী
পাথরে মপান নাইদনা মুংঙাইবগী ঈহৌ
তিংথোক্লে খুৎয়াম লাশীং লৌশীং
শোকচরা ফংজরে জগবন্ধু মখুৎমক্না।
হিন্দু, মলেশ, ঈশাই, য়িহুদি
ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শূদ্র
পুম্নমক পুমতিন তিন্নখরে
অমাং-অশেং, অশোক-অপন
পুম্নমক পুন্নকাও কাউখরে
জাতি পুম্বা অমত্তা ওইরে।
কাউবতনা মুংঙাইবা ওইরি
জাতি ধর্ম্ম খনখিদরে, নিঙথীদরে
লুপল্লে অপুনবা ভক্তি প্রেমগী ঈহৌদা
হরাওরে পাঙ্গা, ময়াম, লাইবু নিঙবা মখোয়না
উবদা মুংশি' চান্নবগী
অমত্তা ওইবগী লমজিংদা।
অমত্তা ওইরে জাতি মখল পুম্বা
খেন্নবা কৌবা লৈতরে পুম্নমক
চামিন্নরে থকমিন্নরে শ্রীজগবন্ধুগী থৌজানদগী
অমত্তা ওইনা প্রসাদি ফংজরে

'ভক্ত বৈষ্ণব পুন্নমক
খেন্নবা কৌবা লৈতনা।
ময়াম্না চাখিবগী প্রসাদি মখাক
লৌখৎনৈ হন্নাওনা মীন্নাম্না অমুক
চানৈ অরেম্বা প্রসাদি হন্দোইবা লৈতনা
কল্লক্করা পুন্সিত্থ মীওইবা নখোয়না
পাম্মুদন্না মাঙখিবা
ভাইবং কম্পাকথকসিনগী।

পুরীগী জগন্নাথজীগী কিদম লৌনরি ভাইবঙনা
লৌখৎলি য়োকখৎলি পৃথীগী জাতি কোটিনা
অহুবু লাই লোনবা কয়াদি, ঈন্নাংদা মপানগী
হুকান খুদিঙ য়ুমথোং খুদিঙ শেল নীবা মখোয়দি
লৌনরি খুদোংচাবা মখোয়না
শোকহন্দে লাইবুদি মখুৎনা

খুরুমহল্লি ভক্তশিংবুতা নিংথীনা পৈশা কৎপশিংহুদা
হায়জৈ পুরীগুম শোকচগে শ্রীজগবন্ধুবু;
তাম্বোকপি মখোয়বু শোকহন্দে ইবুংঙো মাবু
লৌশিন্নী কচ্চরিবা পৈশাহুতা অতৈ থন্দে মখোয়না
খোমজিন্নী কৎলিবা শেলহুতা
অতৈ থন্দে মখোয়না॥

## ৫৪

# শরুগী মী

চাথংলে ময়োন
ময়া মরিচিকাগী ময়ানা;
চীকথংলে তুপ্পা
লাই হিংচাবগী য়াপশুনা,
শরুদা ঙায়রে
খুমাইগী হকচাং
চিংলি ভোংজৈদা
য়াংপশুবা নওগী ঈ,
থকলি মবুক থম্না
কাওশুম্নবা মহাক্না
ককলি শদোং
মখুৎ অনি চঙনা;
শেংলি হকচাং
অনি খোক্না।
আদ লৈরে
শরুগী য়ুম,
চুপখোকপ্রবা মতোং
মীওইবগী মরু
চেন্নী মখোয়না
মতুগী অকোয়বদা
থবায় য়াওত্রে,
মমী শামলে।
য়েংলি মুম্না

চিংশিল্লী মহুদা
চাকলিবা মৈদা
মৈরানবীনা তৌবগুম
লুপগ্রে লোইচল্লম্বা
অকাওবগী ঈপাক্তা।
ঈ চুপলম্বা
অশাংবা জোংজেনা
জাতি কয়াগী
অরাপ্পা অনকপা;
লোইরম কয়াগী
অশিক্কপা অচৌবা
ফিরান হায়গৎলকপদা,
বিপ্লবকী মাগী
শরুগী মী ঐখোয়গী
শেপ্পাম্নবা ফিজেৎপা ফকিরগী
তুং ইল্লকলবদা মখোয়না
লোইরম কয়াগী শরুনা;
শুসিগী লাউরিবা
সাম্যবাদকী খোল্লাও
করিগী লানগনি
শরুগী লানকম্দা
শরুগী ফকির
শীরুবা খোঞ্জেলদা মাগী
চৌরবা খোল্লাওনা অহিংসাগী
ইল্লবদা মীয়াম কোটি কোটিনা
তিনপ্রবদা পৃথীবীগী খোল্লাও

শরুগী ফকিরগী লিচিংদা

ফকিরগী কিদনি কিরি
সাম্রাজ্যবাদ মায়া মরীচিকা নওনা।
শরু পায়তুনা শান্নরিবা,
হে অপণ্ডবা!
লৈবাক করাম চাউবা,
হে ঈখেণ্ডবা!
মী য়াম্মী লৈবাক চাউরি
ভাইবণ্ড মশোং কাণ্ডলিবা
সাম্যবাদকী ডিক্টেতরশিংনা
ভাইবণ্ডবু অরানবা লম্বীদা পুরিবা,
খক য়ারোই কুনশুবা খুট্ট কুমজাদা
এতোমগী যুগ অসিদা
মী য়াম্বশু য়ামদবশু
পুম্নমক কিনিংঙাইনি।
ঈচুম্না সমাজদ্রোহী
ওইহল্লী মীবু শরুদা উনশা
অতুবু থাজরি মীনা মীবু
হিংগনি ভাইবণ্ডনি
চাওখংকনি মীওইবা
ইল্লগা মাপী মতুং।
শরুগী ফকির
মীওইবগী মরুপ;
পুরক্লবা য়ারোই
অওনবা মতম
ঙীংলক্লবদা এটোমনা
ঈচুম্না মখোয়দা।

---

৫৫

# মাওখ্রবা লান্মী অমদা

হে অকনবা! পাথৌ অকনবা!
ইরৈবাকপু ভাকলীবা মুংশিরবা!
হে নোংদোন শাথৌবা!
মালেম পৃথী থোঙভাকপা
হে থৌনাফবা হীরোয়ও!
নঙগী মিৎয়েংফম ভামথ্রে,
ঙমখৈ লৈতনা অহাঙবা অতিয়াগুম
ওইরি নহাক্কী লম্বী পাল্লবা নোংদোন অসিনা
অরোই অথম লৈতবা সমুদ্রনা
ওইরি নহাক্কী পান্দমফম
নহাক্কী খোঙদাফমনি ভাইহাক ভাইহাক্কী
হে লমচৎপা, থৌনা ফবা নহাক্কী।
নঙগী সমুদ্র যাত্রাদা থেংনরি
অনৌ অনৌবা লৈবাক কয়া
উনরি অনৌবা জাতি, ধর্ম, চৎনরোন
হে মীওইবা জাতিগী শান্তিগী দূত!
নঙনা চৎলু চৎলুবা মফম কয়াদা
থেংনরি অনৌ অনৌবা যুগ
তোঙান তোঙানবা লৈবাক কয়া
ঋতুগী অওনবা অচিক অশা কয়া।
লৈতে নহাক্কী য়েঙ্গবা লৈতে
লৈতে করিস্সু ভাবীবনচিংবা
মীওই খুদিঙমকপু মুংশি নহাক্কা

লুনা ভৌরি ধর্ম্ম খুদিংমকপু নঙনা।
নহাক্কী অচেৎপা থাজবদি
নহাক্কী অরেপ্পা মরুপ্পতি
অহৌবা অমস্তুং অরোইবনি নথৌ তৌবত্তনা।
খঙদে অমা নথৌ অত্তোপ্পা
ঙঁদে মহু নত্তনা অতৈ অমা
খল্লী নহাক্না থরায় অসিবু
হিংলিবনি ইরৈবাক্কী সেবাগী।
ময়েং তারক্লবদা ইরৈবাক্না
মায়থীরক্লবদা ইরমদম্না
কথোক্কনি থরায় সি মহাকপু কন্নবা
অসিতনি নহাক্কী পূজা লাইনিঙ
অসিতনি নহাক্কী ধর্ম্ম।
অহিং মুংথিল খেন্নবা লৈতে নঙভোন্দা
নিংথম কাম্বী তোঙানবা লৈতে কৈদৌঙৈদা।
অরা-মুংঙাই, হরাও-কুম্মৈ, কেথোক-মৌথোক
অচৌবা লনগৈ, পাম্মুবা মায়থোং, মরী-মত্তা
থাগৎপা রাহৈ, চিরোন তৌবা রাঙাং
মুংশিবা পাঙৈমেন, অপাম্বা, মিহৌবা
খল্লুবা লৈতে পুন্নমক নহাক্না;
কৌরবা মতমদা খোঞ্জেল রাংনা
নরৈবাক্না নহাকপু নহাক্কী নথৌদা
হায়রিবা পুন্নমকসি অরেম্বনি অরেম্বা নঙোন্দা
পুন্নমকসিগী মথক্তা মিংচৎনি নহাক্কী
ভানবা ফংদবা মখোয় কৈদৌম্নুংদা।
অমত্তা ওইবা ধর্ম্ম মরৈবাক নিঙবা

অমত্তা ওইবা রাশক মথরায় কৎপা ;
লেপ্প নেকাগী চীংদোম্দা
ঙাইয়ু ত্রিবন্দংকী সিমানাদা
য়েংঙু ভুটানগী অকোয়বদা
চেকশিল্লু কাশ্মীরগী ভমথৈদা।
য়েংথরকউ উগনি মথারোমদা
নরৈবাক ভারত ভূমি নরৈবাক লমদম
শংবানরবা নিংথীবী মালেম
পাকশন্না কোল্লিবা উনগী চীংজাউনা
নিংখা তন্না ঙাল্লিবা গঙ্গাগী ঈচেলনা।
লেপ্প চাওথোক্লা থবাক ফন্না
নোকচৌ হন্নাওজৌ সুংঙাইজৌ নঙনা
নিঙথা তম্বী নমা লৈবাকনি হায়না।
চঙশিল্লী নহাক্লা উনগী চীংদোম্দা
থেংনরি মৈ, ঈশিং, নোং সুংশিৎ, বজ্র
লৈরুদে করিস্থু মথোয়গী অকিবা ;
হাঙবা লৈতে মিংকুপ অমা ফাওবা
মহাকপু শেন্নবদা নহাক্লা চেকশিন্না।
হে অকনবা ! লাম্মী নঙদি
নত্তে সেনাপতি, জেনরেল, কমাণ্ডর
অহুবু টেক্কী হামিদ থৌনা ফন্নবা
পৃথী শিন থুংহ্নি মহাকী মিংচত্তনা।
অথাকপা লৈভবা সুংশিবতনা মীয়ামগী
কৎলি মাঙোন্দা হামিদ নগর দেশ ভক্তগী।
লাম্মীগী অন্নাংবা ফমগী মিংচৎ পীন্নবসু
মথোয়দা মন্তিক মণ্ডপ চাউবা কনাদা

খিল্লবস্থ মিংচং উয়েোং লৈবাক মীয়ামমাঙদা
খল্লুবস্থ লৈতে তানিংবস্থ লৈতে মীয়াম্না
উবীনবা লৈতনা, খঙবীনবা য়াওদনা
তাবীনবা ফংদনা নতোমতা লেলুনা
নমা লৈবাকপু তাক্লিবা অহনবা লৈতনা।
হে নাইতোম্বা লাম্মী! নংবু থম্মি থম্মোইদা
নঙবু লাংলি রাগলদা নঙবু নিঙলি মথোয়না
মীয়াম প্রজা কোটি কোটিনা, লৌমী, শিন্মী
লৈতে কাওবা মীয়াম্না নহাকপু কৈদৌম্নুংদা;
হৌগ্রবদা যুগ যুগ কয়া মীয়োন কয়া
নিংশিংলনি নহাক্কী মিংচৎ অক্কেনবা
খিল্লনি মপানগী মিংচৎ উয়োং।
নোইহৎগ্রবস্থ মতমগী নোংলৈ নুংশিৎনা
লেঙদনা লৈরি থম্মোয়দা, লাংলি পামুনা
ঈপাক্না অয়োইবা লৈতবা মতমগী
শিদবা মিংচক্তু নহাক্কী লেংগ্রবা
থমলি থম্মোয়দা, মীপুম খুদিংগী
প্রজা মীয়াম লৌশীং লৌশীংগী॥

৫৬

# মঙাল মতূম

নিন্দুংগী অহিংনি,
অহিং তাংলৌ অথেঙবদনি
মম্বনা শুকমুক মমখ্রে
মীচিক মীরাওখোন তাখিদ্রে।
তাকিবা পোকহনখি 'মম্বনা
মতম ঙাইহাক অদুদা;
অদুবু হোগংলম্মী মহৌশাগুম্না
নিতিগী তৌবা মতৌগুম্না।
মিকপ থোক্লখিদরে
অতৈ জীব পানবা অমত্তা,
পোত্থাখ্রে তাইবঙ পুম্বা
অহিং লৈমগী মশাইগোন্দা
লৈখিদ্রে কনামত্ত সাক্ষি ওইবীনবা
উখিবা ঐনা "অঙকপা মঙাল"।
লৈরম্লবদি সাক্ষি অমত্তং অহিংসিদা
উরমগনি মহৌশা লাইরেম্বীগী মওংদু মহাক্ন
পাইরকখি নোংচুপ্তুগী নোংপোক ওইনা
মঙাল মতূম অমা খঙহৌদনা
হান্না উখিদে পাইরকপা মঙালদু
খঙলকখি ঐনা মমপ্রবা অহিংদুদা,
ওইরকপদা মিংকুপ্তা মুংখিলগী মতৌগুম
ওইথোকহৈদবা মঙগুম্বা মওংগুম;
থোরকপদা খঙহৌদনা অহিংদুদা

ঙকখি উবদা অঙকপা মঙালদু।
অতিয়া মাইকৈ ভম্নম্মী খুদক্তা
পূমঙক ঙকখি উবদা মিংসিনা
থরাম্মিচাক মথী তাবস্থু
ডাল্লি অতিয়াগী শরুক খন্নদং
ধূমকেতু মচেৎ কায়বস্থু
ডাল্লি অতিয়াগী মক্ষম থরদং
অদুবু ঙসিগী মঙাল অসিদি
পুম্নমক্কগী পুমহেন হেনবনি।
থাজনা ফনা ডান্দুনস্থু
নুংথিলগী কোরৌ মঙাল য়োংমদে,
অমুকস্থু মুমিত্তগী হেনবগুম্বী মঙালদু
ফাওদে অশাবগী শরুক্তি ঐংঙান্দা
অঙকপা মঙাল মতূমনি মদু
মমাঙঙৈদা উখিত্রিবা কৈদৌনুংদা
ডানবদা মুমিংত্তৌনা ঙানবা
ইংবনা থাজগুম্না ইঙবা;
য়েংনিঙলমদে মঙালসিবু ঐনা
মিংয়েংদা বৈজ্ঞানিক অমগী
থিনিঙলমদে বিজ্ঞান তত্ত্ব মঙালদুগী
থিক্ষম থোক্লবস্থু মী অমা ওইনা।
হৌজিকস্থু থাজরি ঐনা
লাকপনি মঙালদু মুমিত্তুদা,
লাক্লমলোই মমাঙঙৈদস্থু মঙালদু
মতুংদস্থু লাক্লরোই অমুক।
অদুবু নোংদোন শেন্নবা কনাগী

ওবজারভেটোরিদা য়েংবা মহাকী
উরমগদরা মহাক্না মথক্কী ওবজারভেটোরিদা
ঐনা উখিবা মঙাল মতু্মচু ।
অদুবু য়ারী লাইরিক কয়াদা
লাউরক্লি বিজ্ঞান পণ্ডিত কয়ানা
খঙবা হৈবা মখোয়না
থিবা ছুম্বা কাঙলুপ্পা ।
নোংমাং কুপ্লকপদা নোংদোন্দা
খঙনৈ নোংখোং লাকদৌরে খুদক্কা
অদুবু উথিবা মঙালসিদি মুমিত্তুদা
খঙহৌদনা লাকখিবনি মাদি ।
অমম্বা অহিংবু ঙসিগী
অঙানবা মুংথিলগুম ঙাইহাকী
ওইহল্লকপদা মিংকুপ্তা
মঙাল মতুমচু অতিয়াগী
পূমলং লংলে পূমইং ইংলে
লাউখি ঐনা ফজমনখিবদুদা
মিকপ থোকপা কনাদি
ঐগী খোঙেল তারম্লবদি
হায়রমগনি মখোয়না
ঙাওরমাম্লে ঐহাকসি ॥

---

৫৭

# শেল্লৈবা

চাউইদা নঙণসে
শেল্লৈবা থাবু !
ভাবদা নমিংবু
নিংশিংহল্লী মীনম্বা হিসাবপু ;
ওংপীবগীদি লায়রববু
তম্ভনা কংলি চৈক্ নখোয়না
লৈভাকলোন শেম্নবা কাওবদগী
যুগ যুগ কয়াদগী লৈরক্লবা
ফংহল্লী দভি অকনবা
নমথগে হোৎনবদগী খুম্নাইবু খুদক্তা ।
লৈবাক কাং-খোং চাইরিবসি
নখোয়নি মরুওইবা লেভদবা ;
খোশাদে নখোয়না করিস্সু
ফংলবস্সু রায়েনগী চৈরাক ।
লাইরববু ওংপগী ধর্ম্ম
হোংত্রি নখোয়না হৌজিক ফাওবা ;
নহৈস্সু ফনা হৈয়ে
ফনা ফাওয়ে মঙালস্সু
ফুরা দোলান সনা লুপা
লৈ চোয়ে নহাক্তী ।
অহুবু ভানবদীদি লোইবা লৈতে
অয়ানবা লম্বীনা নহাক্তী।

ফংবগীসু পেনবা লৈতে
চুমদবা পাম্বৈদা লম্বীগী।
ইকাইবা লৈতে ফংলবসু
য়ায়েনবগী চৈরাক চপচাবা
থাইনগী ঈ চুপ্পগী হৈনবী
হোংদ্রি য়োৌরক্লফাওবা খুষ্ট কুম
উনা উনা উশিন্নদ্রি
চাউনা লাকলিবা পৃথ্বীগী অহোংবসে
শওম অঙৌববু সাইবেরিয়াগী
লৈমুং চবখিবসে ইকুই কুইদনা
অচৌবা পাড়া অসে
থাজরমদনা থোকনি হায়বা
মিৎকপ থোক্ত্রি নখোয়,
ভাওরি পৈশাগী ময়াইদা হৌজিকসু।
ভৌবা ওম্মি নহাক্না পুম্নমক
ওনহল্লী মিৎকুপ্তা ওম্নমক,
কোটি চঙবা ডামবু
অচিং অমদা লৈঙোইগী য়ুম ;
নিঙথাইহল্লী সনাগী তাজমহল
নথুৎনা শোকপদা মীনম্বগী।
শিন্নী লঙ্কা লঙ্কাগী হুমাংমন
মাওহল্লী মিকুপ্তা থঙহৌদনা
য়াওত্রবদা নঙোন্দা মরিক অমতং
নরৈবাক নিঙবগী লিংজেন
লাক্রবদা ঐঙোন্দা পুকচেল
মরৈবাক মচা মুংশিবগী

খল্লবদা মহাক নহাক ঐহাক
শেলগী মীনাই কোক্কবা ইরৈবাকী।
কয়া কুইগনি নিঙভম্বা
বান কংলবা নরৈবাকী
ইনাকখুনবা নহাকসু
মৈতাম্না বাখৈরবদা
ভাহ্না লৈগনি উতুপকুম
উফুল তৈরবা শিম্মীগুম।

---

৫৮

# রাজঘাট উবদা

মাঙদা তারি
গুসি বাপুগী সমাধি
শান্তিরাজ কোলোয় উপাধি।
থঙ্ক খাম্নি
পাক-চাউরবা অশংবা থাকল
কবিশিংগী রাখলগী লৈকোল;
খাদ চেম্নী
খ্বাংজেংবী নিঙ্মানবী যমুনা
রাজঘাটকী লেঙদবা ভাবোক,
শম্নরি অকোয়বদা
অহাওবা শংবাম্নবা অতিয়ামা
সনাগী চুমথাং মখোঙদা।
ওইনরি ঈংনকম
শীংঙেল লৈরাং শাংনকম
পামেল উরী য়েংনকম;

চামথোকলি যমুনানা
ঈংলবা রাজঘাট
থম্মোয়গী শান্তিঘাট,

শীনরি রাজঘাট
শান্তিগী ঈরা
মঙালগী মৈরা,

লেপ্লি পাযেলনা
মরায় লুকনা
অরাব থম্মোয় পুত্থনা।

হাইথরি নাপীনা
লৈখা ভানা
খাইনা মৈচাক খাঙহনা।

নামীবা ঙুংশিংও
কোরচেন চেপ্লি
কোরুভম ভমলি,

শান্তিগী পাও
মচী মচী খুনিঙদা
চৎলু চৎলু মকমদা ;

শোয়ে ভাইবঙ পূবা
ওঁ শান্তি ওঁ শান্তি
হে রাম হে রাম।।

পোখারি লম কোয়বশিং
ঈংলবা শান্তি মন্দিরদা
থম্মোয়গী মণি মন্দিরদা ;

পুমচীক চীকপ্রে অকোয়বদা
ভক্তিদা মফাওরে
সুংশিবদা মপোকলে.
কচ্চরি লৈরাং পরেং
নিংথৌ নিংথৌরেন কয়ানা
লৈবাক কোয়বা কনানা।
থৌরি শান্তি পামেল
চতি কুমজা কয়াগী
লাকলিবা মীরোন চামগী ;
থারি শিদবা উপাল
মখোয়না শান্তি ছত্র
লাকলিবা অসিদা রাজছত্র.
রাশকলি মখোয়না
হিংসমু শান্তি উপালসি,
গঞ্জোবাদকী পান্দমসি,
ভাকলি ভাইবঙদা
শান্তি লমজিং অপোইবা
তুং ইনজরি মখোয়না।
শোরে মখোয় পুম্বা
রাজঘাটকী অচিকপদা
মতমগী লোইদবা খোঙচৎতা
পুন্নে অপুনবা ভাইবঙ পুম্বা
থম্মোয়গী গান্ধীঘাট্টা
থিল্লে শান্তিঘাট্টা।।

---

৫৯

# মৈকাপ্পী উবদা

লৈরাং শাগৈ থিবদা
মোদোলৈগী শাগৈদা পোকচবী!
শীংঙেল ধর্ম্ম য়েংবদা
লৈবাকলৈগী ধর্ম্ম লৌজবী!
হে লৈরাংও শকহেনবী
অওকপা খুৎশেমপ্পী মপোকও!
নশরূ হান্না শাৎলিদো
মনানা কোন্না পোকইদো!
মৈতৈ কবি কনানা থোনবনো?
লৈরাং কোলোয় "মৈকাপ্পী"!
ওম্বোরুম চান থোন্নীদা
কোলোয়গা চেংলৌপা মান্নৈদা!
লৈরাং নশু নমান্নবীদপ্পী
শীংঙেল নপীজা কন্নাদগী।
লৈরাং নওপ্পী পুন্সিসি
শীংঙেল নওগী য়ান্নীসি
পুমতোং তোঙাল্লী
পুমখেন খেন্নৈ।
অরাংগী মালংবনা য়ৈবদা
লৈরাং নপিজা কন্নাদা
মরু পুমকোক কোকহল্লী
পাম্বী মরুদা থাক্লম্মী।

য়েন্নিঙ থাদি লাকপদা
পুমশং শংলি নশাদো।
অকেনথা য়ৌরক্লবদা
শী'ঙেল নঙদি মাঙখিদো।
মালেম পৃথী থক্তগী
থঙাহৌদনা মুৎখিদো!
অহুবু শী ঙেলও!
নাইঙোম তাবী শৈরাংও!
কালেন থাদি লাকপদা
কল্লবা শৈতঙ্গায় থক্তুদা
শৈরাং নঙগী শৈয়োন্না
শীংঙেল নঙগী শায়োন্না।
খিনগৎলকই ইনৌ নৌনা
ফাওগৎলকই হান্নগী মফমদা।
কালেননগী কল্লবা শৈতঙ্গায়
য়োৎপাক মায়থীহনবা মালেমবু:
নঙগী পোংলবা নয়োন্না
শোকপদা মহুবু।
পুফঙল্লী নাপনবু
পেৎকল্লী থম্মোয়বু
ভমদাদে। শিংবা শোল্ল' নঙবু
কল্ল' পৃথীনা মহৌশাগী ওইব।
তাইবঙ শিন্থ। পাঙথোকচনিংবা শৈরাংবু
মহৌশা' থোদা ইল্লিবী শীংঙেলবু
নহাক্তী নিতি ইল্লিবা মখোয়না
হিংচা য়াইতমদবশিংনা।

লৈরাংগী পুন্সিবু তমলিদে৷
শীংঙেল লমচৎ ইল্লিদে৷ ।
তাকলিদে৷ লেংদবনি ধর্ম্মসি
শীরিদে৷ হোংদবমি নিডিসি
ধর্ম্মসি চৎপা মখোয়না
নিডিসি পাম্বা কাওবুনা,
লাকশিল্লীদা মখোয়বু
লান্না চৎপা কনাবু ।
শীঙলিদো য়েক্লবদা
মুংশিবা অচুম্বা নিডিদো
হেঙ্গিংডিদো শান্তি মখোয়দা
ইংনা পাম্লিংবা তাইবঙদা ।
অরাবদি লৈরাংও !
নপীজা শীংঙেল লৈবাকলৈদি
পোইথুম্নী লৈনমগা লোয়ননা
তাইতাক্লুংগী শাংলম্মী ।
কোরৌ মশেক উবদা
য়েংন-য়েংন পথখি ;
পাম্ন পাম্ন লোইশিনখি
নিংশিংবদা মডায়রে শক্তমচু
লৈহৌবদা মন্তাইরে লৈনমচু
লুপপ্রবদা চেংলোচু ;
অহবু খেমজিল্লি থম্মোইবু
লৈরাং মানা লুংশিনা ।
তাঙনা পোকপা মপোকনি
মতম তাইহাক হিংবনি,

লৈরাং নঙনা তাকপীদো
তাইবঙ মীওইবশিংদা।
তাইবঙ সেবা তৌবনা
মহৈ য়াম্লে ঐগী মপোকসে ;
শাংবা তেনবা পুন্সি ঐগী
ফিদম নত্তে মীওইবগী করিস্নু
হিংলিজৈগী মতমসিদা
তাইবঙ শিন্বা পাঙথোকপদা
মিংকুপ অমতবু মাঙহন্দে
পুংজা খোঙদোই ইল্লম্মী।
কুপ্না শাব মতমসে
অহোবা কৌবা লৈহন্দে।
তমজোও মীওইবা !
লৈরাং মাগী পুন্সিবু
শীংঙেল মাগী ফিদম্বু
অহিং জুংখিল অনিদা ;
লৈরাংগী ফিদম লৌত্র'দি
সনা পেকউচো লাক্লগা
লৈখোম পেক্তুনা হনখিনি
মসিতদি কাওক্লুকো মীওইবা !
লৈরাংও নহাক্তি
ননম লৈতে হায়ত্নুনা
থওইদবা য়াদেদো তাইবঙনা
নঙগী নঙান নশেক্লা
তেমশিঙনরিদো কোয়ৌহনবগা।
নঙবু উবা কনানা

ননাক্তা লেপ্পা মহাক্তা
ঙাইহাক পুজোয় লেপ্তুনা
য়েংদবা ঙমদেদো নহাকপূ
ঙকচানহল্লীদো মহাকপু ।
চাকথেকহল্লী মিৎস্না অনিবু
কোয়ৌ মহাকী মঙালনা
অহুবু নহাকী নঙালদি
পেলহল্লী ইংহল্লী মীওইবগী মিৎপু ।
নহাকী চেংলৌ অঙকপা
লাইযেকপা কনাগী থুৎশেম্নো ?
হৌরবো নহাক্তা
থম্মোই লায়ুমদা ঐগী
মুংথিনগী অবাঙবনা
তিনত্রুবদা অহিংগী অচীকপদা
শোমজগে নৈরাংগী লৈথোঙ
ঐগী থম্মোই পিয়াংনা ।
কেনবা কৌবা নৈররোই নঙসে
ঐগী থম্মোই লকান্নুংদা
ঙমহৎলি ঐগী থম্মোইবু
নঙগী মুংশিবা মায়থোংনা ।
অয়ানবা য়াওত্রবা অশেংবনা
অয়ানবা ওইরিবা খুৎশাবু
লাউয়কই শোকনু হায়না
পাথহনগনু শীংঙেল নঙবু ।।

---

৬০

# হেলোইনা পুবা

লমশাং চৎপগী বাবনা,
নশক অহু ভাইফেৎ ভাইরে.
চিনি চন্দ্রাম্সু কমথরে,
ভামনানা খোংবম্সু লোইখরে,

নংগী নিংথিরবা লাইবকনা,
অমুক্তা খোকপা থাজগুম,
নংগী ফজরবা মায়থোংনা
ওরাং শাৎপা গুলাপকুম ;

বানা অনম্সু ভাইফেৎ ভাইনা
কয়া কুইনা চৎখিগদৌরি !
লোংখুম লাঙ্গোল পোথারে,
পোইন্ন লৌরোকপা লোইনরে ।

বসন্তগী মুংঙাইরবা অমুক্তা
মুমিৎনা কোকতোন লোম্বা কাল,
ওবুম ফবুম্বা গুংশা মৈশানা
চকচাংদা লুম্বু লুম্বু য়েরমই ।

য়েংখোকউবা মায়গৈ খুদিংদা
উমংগী অকোইবদা
হৈরাং চুম্না পাল্লি
লৈরাং ফজনা শাৎলি ।

নাক্তা লৈন্নিবা উমংদগী
নত্রগাগুলাপশ্রবা ঈথক ইরেন্দগী

হৈমম লৈনম চুরবা
মলয়া মুংশিং নামিবা
থোংনা, মেগুনা, ইনৌদি নৌনা
শোকলরি ঐবু মশক্তি উদনা।

উমংগী অকোইবদা
লৈকংলাগী মিত্রংগুম,
মুংশাগী ঈথকহৌরকলি,
ঈথক ঈপোম খুদিংদা

উমংগী লাইরেনবীনা
লৈনা জগোই শারম্মী
থোঞ্জেল অমত্তা ওইনা
মতমগী ঈশৈ শরম্মী।

থরনা মথোক কারকপনা ওইরবস্মু,
থরনা থগুদবদগী ওইরবস্মু,
মকম ইথগু থগুদনা
ইগাও গাওনা লেপলম্মী।

য়েংথোরকপা মিংয়েংনা
শক্তিগী মিংস্না ওমজবী,
চথোরকপা শাথেকনা
কাণ্ডাগী শাথেক ইরুবী

লাইগী জগোই শাবী অমনা
মহাক্তী মিংস্না অনিনা
উমংদগী কারকপা শক্তিগুম
তথক তথক য়েংলম্মী
ঐগী মাঙদা লেপলম্মী

ঐগী মুংশি থম্মোইনা
অচুম্বা পুন্নমক পুন্দুনা
মাগী মুংশি থম্মোইদা
থোংনা মুংশিনা শোকউরে

অহুবু খণ্ডদে ঐনা মাগীদি
অহুম ওইনমক মাগী লূরবা
মিংস্না পম্বাল অনিদা
অপাম মুংশি তরং হৌরি ।

মমাংঙৈদা থংনখিবা মরুপকুম
করিমতা হঙোইবা লৈতনা
চুপলম্মী ঐবু চেজেং কোন্দুনা
শকলম্মী অপাম্বনা ঙাওরবা
শুমহৎ ঈশৈ মহাকী ।

মাগা ঐগা খুৎশম্নহুনা
ঙাংলবা উহৈনা থল্লবা
লৈরাং লৈনমনা হান্নবা
লাম্বোক্লম্মী উমং কয়া ।

ঐগা মাগা কায়নরে,
মকম খণ্ডনা মাঙথরে.
চোকথনা ভাইকেং ভাইনা,
লাক্লম্মী লৌবুক-লম্পাং অমদ!

খোয়নিংনা খোংবম্ভ ভাবরে,
লৌবুকনা ঈশৈ শক্করে,
কিবনা পুন্নম মমরে
নীংবদদি মহত্রি ঐহাকী ।

হল্লকই চোকখনা তায়ফেৎ তাইনা ইশাসি
ইলা ইপু পুন্নমক
লৈরম্মী তাইফেৎ তাইনা,
লাউরকই মখোয়না হেল্লোয়না কদায় ?
খোমলেন য়াহিপ তারম্মী,
শারি ভিংখং মথক্তা
মিকপ থোকলে ঐস্নু,
য়েংলম্মী ইঙাও ঙাওনা।

---

৬১

## তিঙ্গোং কাঙ্গোং

চীক্লা তাংলৌ অথেঙবদা
মালেম তুমখুন ফুনপ্রবদা
জীব পানবা পুন্নমক,
তাইবঙ মী, শা-ষণ, উচেক রায়া
পুন্নমক কল্লক-য়েংঙী কাউহ্নুনা
সুংথিলগী মৈশা কোক্লক্লবদা
মাগী মাগী লৈফমদা
চীক্লা তুমখুন তানখ্রবদা
কনানো চেক্লা নতন্নু শকনাইদবী ?
খোংলিবা তিঙ্গোং-কাঙ্গোং !
চাক্তামিন্নবা চেক্লা কয়া
লৈমিন্নবা পোম্বী কয়া
অহিংগী অচীকপা থুনাইনি কিবনা
মাগী মাগী মশাইগোন্দা
চীক্লা য়াহিপ তাখে।

মকু কৌবী চেক্লা ফাওবা
কিবনা মমক মরক্তা
কুঃ কুঃ কায়না
অমুক অনিরক্তমক মথোংত্তি
ডম্না থুনা লেপথোকখি।
নমিংগা নপোনগা মান্নবী
চেক্লা অতৈদগী তোক্তানবী
অতোপ্পা নমিং লৈরমদে।
নশক শঙদবা মরমনা
তাইবঙপান মীওইবনা
নমিং থোনগে হোৎনববু
নশক নচু উদবনা
নখোলবু থোল্লে নমিং ওইনা
চপ চাব নমিং থোনগমদরে।
অরাবদি চেক্লাও! নহাক্তি
তিন্নদে চেক্লা নঙং নমান্নবগম্ম
পাইরক্তে শঙ্গ ওইনম্ম
তাইবঙ মালং অসিদা।
তাঙনা ফংবী চেকলাও!
পোম্বী নমান্নবী অতৈগুম্না
থিরম্ববদি তাইবঙ চিঙ্গাক
সহরগী অকোয়বা চিদাইদা
চেক্লা নঙগী শক্তমছ
খঙলমগদবনি মপুং ফানা।
খোংলকপদা অখেঙবা অহিংদা
নহাক্তী চৌক্লবা খোঙ্হাংছ

মান্দেদো খোঙৈদু কাকীগা য়াক্লবা
মকুগী খোঙ্গেলগুমদেদো কিয়বা
থুগাইদেদো অহিংগী অচীকপবুদু।
তারগা নহাকী মুংশিয়বা খোঙ্খাং
হেনগৎলি অহিংগী মগুনদু
অচীকপা কৌবী লাইরেম্বী
পাঙ্গরিদো লোইনা হেম্না চীং লেম্না।
চেক্লাও মুংশিবী নহাকপু !
লাপথ্রবা নোংদোন মপুংয়ায়দগী
নহাকী খোঙ্খাংবু য়ৈবয়া ?
নত্রগা অনকপা উমং য়ামং,
উপাল-বাপাল জঙ্গলদগী
নহাকী খোঙ্গেল লাকপরা ?
চেক্লা নগী চেংলৌবু
উনিংহুনা মীওইবা ঐখোয়না
ওয়মখৈ থিরিদো নহাকপু;
কংবা কৌবা লৈত্তে ঐখোয়না।
থিরি'খৈ অহুম লাপথোকখিদে।।
য়েংলি'খৈ উদেদো চেক্লাও।
নমিংগা নখোলগা মায়বী !
মুংশিবী চেক্লা "তিক্লোং-কাক্লোং"।
নশক নগুণ উহুনা
তাইবঙদা তেমশিংনদেদো
ঐ মঙায়রে মতাঙ্গম উক্লেদো।
মীওইবগী থুয়াইদগী
তাইবঙ মৈশারকী

লাপ্পা ভাম্না লৈক্তুনা
লোম্না থুম্না লোক্তুনা
অভিংবা পুকচেলগা লোয়ননা
নহাকী ওইজবা থিদনা
মুংশিবা খোল্লে “ভিজোং-কাঙ্গোং”
সেবা তৌরি তাইবঙগী।
মুংশিবী চেক্লা নহাকসে
ওলাং থাগী অংথেঙবা অহিংদা
তুম্বা য়াদবা কনাগী
থম্মোই পূক্লীং শুমলিদো!
চেক্লা নঙবু কৌনরি
“ভিঙ্গোং-কাঙ্গোং”!
পোম্বী নঙবু শোম্নরি মৈতৈনা
কালেন চেক্লা মুংশিবী!
মৈতৈ কবি কয়ানা
তুংগী উরম্বা ইপা ইপুনা
খঙলম্মী নঙগী খোঞ্জেল
লেংলম্মী নঙগী শৈরেং
“ভিঙ্গোং-কাঙ্গোং
কালেন তেম্পাক”
চেক্লা নহাক্লা ভাক্লিদো!
কুম-থাগী খোঙচৎ ভাইবঙগী
মৈতৈ কবিগী চেক্লাও!
লৈতে হায়না লাউরিদো নঙগী লৈকম
অসিদা নত্তনা সনা লৈবাক মৈত্রবাক
নঙগুম্বী চেক্লা “ভিজোং কাঙ্গোং”!

তাকপনি নহাক্কী শৈশক শৈরেংনা
খঙবনি তোঙাল্লি হায়বসি
নহাক্কী খোঙ্গোক খোলহায়না
নঙগী লিচৎ শাজংনা।
পুমতোন তোঙাল্লী
পুমখেন খেল্লৈ।
চেক্লা নঙনা লমগী চেক্লা কয়াদগী
য়ুমগী পোম্বী শঙ্গুদগী।
কোকিলশু লাক্কেদো কৈত্রবাক্তা
অদুবু কোকিলদি উবা ফংঙি লায়না
তাইবঙ মীনা অতৈ লমদম কয়াদা।
শাথিদা নরিন থায়দা চেক্লা নঙসে
পুঙলোৎ লোৎথি নঙদি,
নশক উহন্দে মরক মরক্তশু
ঙসি ফাওবা তাইবঙগী মিৎয়েং য়াংমদা
অদুবু উচেক রায়া য়েংবা মখোয়দি
থিঙ্কিন খোৎচিনবা কাঙবুদি
উবা ফংঙি নহাকপু ইংখোল মতোন্দা খুঙ্গঙগী
মীরা ওখোন তাদবা লম্মাংদা
অরাঙবা উগী উতোন্দা
তোংদুনা শকই নওসী ঈশৈ।
অদুবু পামজবদি নহাক্না
শকপনি অভিয়া মপুংয়ায়দা
কোইপাই পাইদুনা অচিকপদা
নিঙতম্মা অকিবা মরিক য়াওদনা।
ইজরি মহাক্না চেক্লা মাগী মরমদা

উচেক ময়াবু থিজিনবা মীওইনা
হরাও মুংঙাইবনা পেম্মুনা
খঙহৌদনা উরুবদা মহাকপু নোংমা
মহাক্কী লৌবুক লম্মাংদা
কিলি-কিরুম শক্লিবা ভাইরঙ মৈশাদা নঙনা।
শকওং শদাদি নহাক্কী
চাউবস্থু লমথম্মুমুক্তা মচাউরি
মাঙৈ কুচু কুমেনস্থু মহাকা;
হে চেকলা! হিংচা য়াইতম য়াওদবী!
মুংশি পিরাংদা লুপলিবী
মপুগী অচুম্বা ভাম্বা ইল্লিবী!
শেংলবা নহাক্কী লাঙোনগা
মাম্নবা মখোয়গী মপোক্কা
ভামনাগী কোবিলগী লমগুম্নগী
চেম্না অরাংদা নোংয়িনগী
অহুবু থায়নদগী শক্লি নঙগী শৈরেং
হৌজিকস্থু অম্মুম শকথিনি খেপুনা
নঙগী ঈশৈ কুম থা লাকপদা।
মাঙথিনি ভাইবঙ মীওইবদি শোয়দনা
মখোয়গী মরম্না লোইরগা।
শুকমাক মাঙদে চেক্লা নংদি
শকনি নঙগী ঈশৈ তম্মুনা
নোংদোন লাইরৈবাক্তা কাওবা লৈতনা।
ঐঙোন্দা অমম্মুং জীব থানবা কয়াদা
ভাহনগনি মালেমদা লৈবা মখোয়দা।
কালেন লাক্লে পাউজেল্লিদো নহাক্না

ঙাইরিদে৷ খৌরাংনা ওলাং থাগী
অথেঙবা অহিংগী ইংলবা থাবলদা।
ঐহাক্না তাইবঙ ফম্পাকসিদগী
তাইবঙ চিঙ্গাক লোইহন্না
ঐগী পুন্সি থুপখ্রবা মতমদা
চেক্লা নঙদি শকহৌখোকো!
পোম্বী নঙদি কপহৌখোকো!
মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীগা
নহাক্না শান্নবা কায়নমুকো
তাইবঙ নিত্তি ফজবনিকো
চেকলা নঙন্থু তুং ইল্লুকো!
অথেঙবদা নঙনা খোঙবদা
পাকচাউরবা মালঙদা
নত্তোমত্তা ননিঙত্তন্না শকপদো
তানিঙ তানিঙনা লোইখিদো
খৌরাং খৌরাং লেপখিদো
অতিয়া মপুঙরায়দা নেমখিদো
নক্না কৌবদন্থু খোংদেদো
অরাপ্পদগীদা মখোংলকইদো
ঐঙোন্দদা লাপ্পরা নঙবু?
তাইবঙ মীওইবা মখোয়দন্থু
অশ্রম্না অত্থুম মত্তৌবরা?
নমান্নবী অতৈ চেকলাগুম্না
চেকলা নঙন্থু ঐখোয়গা
থর তোংননা লৈমিন্নসিবা!
তাইবঙ কৈথেল কাদবী

নাইত্তোম ভাবী চেক্লাও !
লাপথোকদবগীদা হোংনৈদো
মুংশিবা খোম্বাঙ নহাকী
লাপ্পা রাংনত্তা মপীদো
মরক মরক্কদনি মতুম্ম ।
করিনো চেক্লা মুংশিবী !
ভাইবঙগী মৈশা লাংবরা ?
থম্মোই য়াওদবা কনাগী
তমথীবা চৈরাকপু কিবরা ?
ভাওনা ফংবী চেক্লাও !
লাপথোকহন্নীংদে ঐহাক্না
নকশিন্ননিংঙি মতম পুন্নমক্তা নঙগা ।
মীরমলেনগী লৈকোন্দা
শিংথাদববু চেক্লা নঙবু
নশক নমিং পন্দববু
লৈরেংজরিবা মালিনা
নঙগী নশক খঙদবনরা ?
নত্রগা নঙনা পাইরুদবনরা ?
পোকপরা চেক্লা নঙসে
মৈত্রবাকী হৈনম লৈনমলক্ত ?
মপানগী লমদম অতৈদা
চেক্লা নপাউ য়েন্নুদবরা ?
শক্লরিদো নোংচুপলোমগী কবিশিংনা
শোন্নরিদো নোংপোকী অশৈবশিংনা
শৈরেংজরিদো চেক্লা মাগী মগুণ
চেক্লা মাভবু কোকিল কৌবী !

থাগৎলিদো পঞ্চম স্বর মহাকী
খোম্থাং মঙা চেক্লাগী.
কোকিলগী মগুণস্থু খঙজদে
য়ারী লাইরিক্কা তাবা নত্তনা
ফংজদে মশক উবস্থু
মৈতৈ লৈকোন্দা পাইরক্কবনা।
মৈত্রবাকী চেক্লা "তিঙোং-কাঙোং"।
চেক্লা নঙগীদি হায়বীয়ু খঙজগে।
হা চেক্লা নহাক্তি!
খোম্থাং মরিদা শকলিদো
''তিং-গোং-কাং-গোং''
নঙং নমান্নবী চেক্লাদি
খোম্থাং অমদগী হেন্দেদো;
নহাক্কী শৈশক য়োঁঙমদেদো।
তারন্নবদি মীরৈবাক্কী কবিনা
চেক্লা নঙগী খোম্থাং মরী
তাউথরমগনি মুংঙাইবগী ঈপোমদ
হাপলমগদগে করম্বা শৈহেক?
হায়বা ঙমদে কনানা করিস্থু।
শা-উচেক্কী বৈজ্ঞানিক কয়ানা
উচেক-য়ায়া থিজিন য়েংশিনবা
মপানগী মীওই কয়ানা
উররিগদরা মৈতৈগী তিঙোং-কাঙোং।
হাদ চেক্লা মুংশিবী!
শকলিবা কবি কনানা
শৈরেংজরিবা ঐহাক্লা

নওগী নগুণবু থারুবা
ঐগী কলমতনা ব্রাংকনি
চেক্লাগী গুণতনা হেনগনি।
হাদ চেক্লা অথোইবী !
লোক্তুনা লৈরিবা নগুণবু
শকপীনবা য়াওদনা কনানা
লাপ্পা পাইরিবী চেংলৌবু
উগীনবা য়াওদনা তাইবঙনা
তাকপীনবা লৈতনা নশক্তু ;
থিবীনবা লৈতনা থুপথিবা
হাদ চেক্লাও ! পান্মুইদা পান্মুইদা
কল্লকইদো কল্লকই নহাকসে !
লীরবা তাইবঙ মালংসিদা
লৈরিবরা চেক্লা নহাক
হকচাং য়াওদবা থরাইবু নহাক্কী
ইনৌদি নৌনা ইফদি ফজনা
ওকপিনি হৌজিকসু অশুম
থাইনদগী ওকলকই অহুম্না।
অরাংবা পাম্বী চেক্লাও !
নহাক্লা থাদোকুনা মালেমসি
চাক্তাফম থীবরা মার্স গ্রহগী অকোইবদা
থিরুসু চেক্লা অহুদসু করিসু,
ফংলোই তাংজফম মকমতুদা করিমত্তা
মুংখিগদরা, মাঙখিগদরা, কায়খিগদরা কিনরিবা
হুংশিরবী ফজবী মালেম
লাউনরিবা মাবু পলেম।

নহাকী চাক্তাকম মহাক্তনি পৃথিবী
মহাক্তনি তাইবঙগী পোত্থাকম
অতৈ অতোপ্পা অমা অমুক লৈত্তরে
জীবশিংগী তুংনফম অথোইবা
থিরুচো সৌরজগৎ অসিদা মাগুম্বী ইমা
ফংলোইদকো ফংলোই করিগুম্বদা কৈদৌঙৈদা
তাইবঙগী অমত্তা ভায়রবা খোংদাকম
মণিগী মশক ওইরবী পৃথিবী
নঙনা য়েংথরকই বাংনা পাইথৎলগা
তেংথারি চোকথবা মালেম ইমাবু উবদা
রারৌরি তাইবঙ মীবু নহাক্লা
পেন্দবা সেবাদা ইমাগী মখোয়না।
ওলাং থাগী মেংলবা নিন্দুংগী অহিংদা
ককচেং চৎপা উবা থাবল মঙালদা
নোংদোন য়ুথক য়ৈথ্রবদা, অথেংবা অহিংদা
পুম্নমক তুমখুন হুম্লথ্রবদা জীব পুম্বা
মালেম পুম্ব চেকমোক লাউথিত্রবদা
লেমহৌবা মখোয় ইমা ইবেন ইচল ইচেশিংনা
ইনচিংজরিগী মথোক কারকপী মুজা কয়া
অথেঙবা অচিকপা অহিংগী থাবল ঈপোমদা
অতিয়া মপুঙয়ায়দা শক্লাইদবী চেক্লা
তিঙ্গোং কাঙ্গোং হায়না কোলোয়নবী
নঙবু থিরি, নঙবু তাম্নী, মুংশিনা পাম্মুনা, খৌরাংনা
নঙগী থুম্লবা শৈরেক্লা নশক্তি উহন্দনা
তুবৎ তুবৎ পাইহ্নুনা শক্লিবা ঈশৈনা
পুমহেন হেনথ্রে পুম্নমক্তগী থোইনা

থাবলগী মণ্ডালদগীস্থ অহিংগী অচিকপদগীস্থ ।
পাংচাও ঈচাওদা, ঈনখোন, লোংখোঙরিবীশিংনা
লেমলৈ ঙাবু কাউথোক্লুনা ঙাইহাক পুঙোয় লেপ্তুনা
ঈনগী থৌরি থাদ্বুনা লোংখোনবা তোক্লুনা
থিরি চেক্লা নহাকপু থাবলগী ঈপোমদা
কোয়য়েং য়েংদ্বুনা অতিয়া মপুঙয়ায়দা মখোয়না
উবদি ফংজদে, তাবদি ফংলি সুংশিবা খোঙ্গেল
মখোয়গী থম্মোইস্থ তামথরে ঈংখ্রে মাগী ঈশৈদা
তিনখরে চেক্লা মাগী সুংশিবা শুরস্থ পাক্লবা মালংদা ।
নগুণ লৈগী চেক্লাও !
উদরি তাইবঙ মীওইবনা পাক্লা শন্না নঙগী নশক
অদ্বুনা করম্না লেপকনি নঙবু ?
লাকখিদো চেক্লা নহাক্লা ওলাং থাগী নোংঙাল্লমদাইদস্থ
খোংদেদো নহাক্লা সুমিৎসুংবদস্থ কৈদৌঙৈদা
খোংদেদো করিগুম্বদস্থ অহিং য়াচঙবদা
থিরি নহাক্লা অচৌকপা তাইবঙদবু
শকয়ি নঙনা নংতামতা অঙকপা খোঙ্গেলনা সুংশিনা ।
য়েংলিবা মিৎকী দার্শনিকী রাখল
অহোংবা লৈতবা অরেম্বা মিৎয়েং
চিংশিল্লু পুন্নমক নঙগী থম্মোই লাম্মুমদা
পাংদৌরি মাগী নোংদোন তম্বা পান্দম
তাও, মাগী তেংথারোন তোকখিনি মিৎকুপ্তা
মাঙখিনি মাঙদগী তোকখিনি তাব মাগী পাম্মূবা শউম
লৈহৌনি ঐখোয় পুম্বগী থম্মোইদা কাউদনা
খৌরাং খৌরাংনা ইপেন পেলহৌদনা
কাউদনা লৈহৌরনি অদ্বুম থম্মোইস্থংদা ।

অমুক্কা হায়খিগে চেক্লা, খণ্ডদে নহাক্কী লৈকম
খণ্ডদে হৌরককমস্তু, খণ্ডদে লোইকমস্তু
অত্থুবু অস্তুম থিখিগনি ফংজ্রবস্তু নহাকপু তাইবঙসিদগী ।

---

৬২

# পৈশা

পৈশা পৈশা, হে পৈশা !
কল্লিদা নহাক্কী লিচিংসে ;
তমখিদা নহাক্কী ময়াইসে,
লৈরেদো পুন্নমক নঙঙোন্দা ।
মীওইবগী ইজ্রেং শক-মায় পুন্নমক,
অত্থুবু অরেম্বনি নহাকসে ।
খণ্ডদবদৈ হায়বনি
উদবদৈ তাঙবনি ;
উনা উনা নঙঙোন্দ
থুদি থীরিদো মখোয়না
খঙনা খঙনা নহাকপু
নাম্থুরিদো নমাঙদা
তাওহল্লিদো নহাক্লা
হোলিউদকী লাইরেম্বী কয়া ।
ওইহল্লিদো মখোয়বু
লম্বীগী চাকনিবী ।
অমুকস্তু পোমকী ফরানা থুমলিবী
লোক্তুনা লৈরিবী মনিবু

ওইহল্লী হোলিউদকী জগোই শাবী
মাণ্ডহল্লী মযেক শেংনা চন্না কজবী মহাকপু
নিংথৌকোন্দা পোকচবী
হুয়িংনা চৎপদা নানথুবী !
চেৎনা নৌনা থমজিবী
সনা কোম্নুংগী মবেম্মা !
ওইবা য়াবী বায়েল থৌদাবী
মী লাক্ক কয়াগী লুচিংবী !
ওইহল্লী নহাক্না লৈথোম
নমথীবা হুচেনবা মাখোন।
বানা তাণ্ডনা ফংলবা মপোকসে
শাবি শানৌ কনাগী লাইবক্সে ;
ওইহল্লী নঙনা উফুল
নোইহৎলি থাণ্ড্ থক্ক ময়োন।
ঙাল্লম্বা য়াব মখোয়
উয়োং খিল্লম্বা মিংচৎকী
লৈথা তাহল্লী মিংচৎপু
নিংথৌ নিংথৌরেন কয়াগী ।
শিহল্লী তুমিন তুমিন্না
পণ্ডিত কয়াগী মিংচৎপু
য়াংখৎহল্লি নাপলবু মীওইবগী
মরেক ময়াইনা নহাকী।
মীনা মীবু উশিন্তে
মীনা মীবু নমথন্নী
পুক্লিগী অয়াংবা চৎনয়োনবু
নৈহৎলী মহুবু লৈথা তানা।

কাওখোকলি তুক্কচনা
        লৈহল্লী মপোক অসি
ওইহল্লী ভূত প্রেত
        লাই অমাংবগী য়ুম
নহাক্না লৈরবদা মখোয়দা
        ঙাওদবরা মীওইবনা করিগুম্বদা ।
পৈশাগী লম্বী অমোংপা
        লোইরসিকো তাইবঙসে
কান্নবা লম্বীদা চিংশিল্লু
        পৈশাগী মথৌ শেংহল্লু ।
মীওইবগী অচুম অরান গুণশিংতনা
        কৌবনি তাইবঙবু তাইবঙপান :
মখোয়গী মঙাল অচুত্তনা
        হিংলিবনি মীওইবা ঙসি ফাওবা
মখোয় লৈবতনা ওইহল্লী
        মীওইবগী মপোকপু ফিদমলেন ।



## ৬৩

# হেলোয়

হৈবোং মশারক্ত মনা পুংলবা
থাজনা য়েংলি মূনা মূনা,
চৎলি মনাপুংবা মরক্তা
মনা হাইদোক হায়দোক্তনা
নোকলি নোকফেৎ ঐঙোন্দা
পেল্লী ঐনা মাবু উবদা।
থেংনৈ মহাকপু ঐহাক্না
হৈবোং মখোঙদা অচীকপা ;
মালিকা পাম্বী মরুমদা
হৈনম লৈনম মরক্তা।
থাবলনা মূশি মূশি ঙানবদা
অহাঙবা কোয়কপা হকচাংনা মাগী
তনিক তনিকপা থবাক্না হেলোয়গী
চেক্জেৎ কোল্লম্মী ঐহাকপু।
মিকপ থোরক্লে ঐহাকস্তু
চোকথরে হক্চাংসি ঙাইহাক্তদা
অমরোমদা মুপী ময়াম অমস্তু
মাঙদা লাকখিবী হেলোয়শুম
মাশুয়া ফজবী লাইরেম্বীশুম
লৈরম্মী মরাইবক লুকথ লুকথনা।
মাশুয়া মখোয়স্তু অহাঙবা হকচাংগা
ফমলম্মী তুম্বক তুম্বক তুমিন্না ;
ঙাঙলমদে রাগী মচেৎ অনা
মমী ইশাম শান্নম্মী।

তাইফেৎ তাইরম্মী মশকক্তু
মথৱায় পাল্লি হায়বদা মঙাইরে,
মঙগী লৈবাক্তা তৌবগুম
লেঙবা খোংপা ওম্লমদে ।
ঐদদি খল্লম্মী মখোয়বু
শিবা হায়বত্তুরা মখোয়সে
লাক্লিবরা অশিবগী লৈবাক্তা
অপাম্বনা শুক্লাংব্রবা তাইবঙদগী ।

---

## ৬৪

# লাইপোক মরি

নোইহংলম্মী হিংচা য়াইতম্বা কাঙবুনা
মীওইববু, অকনবনা অশোনববু ভস্তনা
হাপ্তোক্লরম্মী কাংলুপ মশেন অমগা অমগা ।
খিনরমদে মখোয় মশেন অচুম অরান
হুংশিনরমদে কনানা কনাবু, অমনা অমবু
ফংলমদে মখোয়না মঙাল অচুম্বগী
লৈরমদে মখোয়দা থৌজাল ঙাকপীহৈবগী
মসিনি থাইনগী যুগ, মতম অমগী মালেম
তমথীবা লাঙোন, পোক্পগী অকিবা ।
অঙকপনি তাইবঙ খুৎশেম মপুগী
অরাবনা ঙমথৈ য়োৌরবা মীওইবগী,
শাহিং ঙাহিং চাব হিংচাবনা
চনশ্ত্রবদা মালেমসি খুত্তুম অকিবগী

ওং নৈবদগী ধর্ম্মগী কাক্বিরশিংনা
খুঙজদবা ঊজদবা অরা-অনা ফংলবা কয়াগী
পুরক্লবা মখোয়বু অরান খুবমদা
পোকখি ভগবান বুদ্ধ, ভগবান যীশু, প্রোফেট মহম্মদ
পৃথীদা তাঙলবা লাইপোক মীওইবগী মপোক্না।
হাইদোকহনখি মালেমসিদগী হিংচা য়াইভম্বগী মায়থুম,
থোরক্লে অয়ুক অাঙনবগী ওাঙ্‌নবা মুমিৎকুম
কোকহনবীগে হায়না অরা মৈশানা চাকলিবা মখোয়বু
অাইনঙ মপোক অহুম বুদ্ধ, যীশু মহম্মদ।
থেম্নরবসু মখোয়গী মিংয়েং মপানগী কুয়োমদা
চল্লী মনুংদা অমত্তু ওইবা লংলবা মঙাল ঈচেল অমা।
উহল্লী, খঙহল্লী, তাকপীরি, খুন্নাইদা ফিদম অমা,
মীওইবগী খুন্নাইনি হিংমিন্নবা, পোকপনি চামিন্নবা;
তোঙান তোঙানবা লোন্দ অতোপ অতোপ্পা কাঙলুপ্ত,
পুন্নমক লৈমিন্নবগী লাইবক্কি, ঈচেলনি মুংশিনবগী।
তিংমিন্নরকলি অাইবঙপান অসিনা ওসি ফাওবা
মঙালদা লাইপোক অহুম অসিগী লেঙব্রবা;
অহুবু য়াওদবা নত্তে ঈচেলদা অক্লবা শরুক
ফাওগৎলক্তবা নত্তে ঈফুত্তা অনৈবা।
কিনিংঙাইনি মসিসু, রানিংঙাইনি মহুসু
লাইপোক অহুমসিগী য়াথংদি
লেঙদবনি অচুম্বসি পাওতাক্কি।
অহুবু রাহম্লোক্তগী মখোয়গী
লুচিংবশিংগী পাউতাক্লা মখোয়দা
য়েংথীনহল্লি খুন্নাইদা ধর্ম্ম অমগা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমগা
মুংশিনহন্দে অমুকসু অমগা অমগা ধর্ম্ম অমগী মনুংদা

ঈরাং থোকহল্লী হাৎন থিন্নহল্লী, লৈথা তাহল্লী খুন্নাইবু ;
চৎপ্রে (হাইদোকুনা) লম্বী অঠুদগী তাক্লম্বা লাইপোকশিংনা,
কুয়োমদা ভায়হৌরে, মচংদি খুমজিনখরে ।
কিনরক্লে লাউনরক্লে, হৃজিনবা হৌরক্লে অমুক
থায়নগী হিংচা ম্নাইতম্বগী মায়খুম
মতম কুইনা নমথরক্লবা হুগী লুহুপ ;
কিনরি মসিনা অমুক হেন্না থোইনহুম ।
লৈবাক য়াওরকদরা ধর্ম্ম শন্দোকপদা
মিপাইনরি ধর্ম্মগী মিংদা লিংখত্তবা
মাঙজপ্রগদরা লৈবাক অহু অহুম ;
ধর্ম্ম খুদিংমকপু মান্নবা মিৎয়েংদা য়েংঙমদবা
তমথীরবা মওং লাকদরা লমদমহুদা ।
অহুবু গান্ধীবাদনা পৃথি পুম্বদা চেল্লক্লি শান্তি পাউজেল ;
লৈবাক মীয়াম হৌরক্লে, পৃথি পুম্বা নিল্লক্লে
অহিংসাগী খোল্লাওনা প্লানেট অসি শনখরে ।
হিংসা পাম্বা মখোয় মশীং য়ামদবা খুজোক
মমায় খুমহুনা খাঙখরে, কিবনা থক থক নিকখরে ;
নমথরে অচুম্বনা অরানববু ইম্নোকলে অকবনা ফত্তববু
পাঙ্গল কনবা পৃথিদা মতিক্ত লৈবা লৈবাক
টকাই খুম্নরে গান্ধীবাদপু, ওক্লি তরান্না অহিংসাগী পুজারীবু ।
মখোয় অহুম ধর্ম্মগী গুরু, শন্দোক্লম্মী অরাংবা ফিদম ধর্ম্মগী
খঙলমদে ফিদমহু তুংইনবা মখোয় কোটি কোটি মীয়াম্না
মগুণ লৈবনি ফিদমহু হেন্না গান্ধীনা খ্বাইদগী পামজবনি ।
অহুবু ফিদম ফনা ফজহুনম্মু ওম্মোক্লবদি থবক্তা য়ামমদে গান্ধীনা
থাজৈ পামজৈ গান্ধীনা থবক্তা লোয়নবা ফিদম, থবক্তা খুৎ থাব পান্দম
পায়বা অমম্মুং লাম্ব ফংদবা অচুম্বা মখল অহুবু খিবা নত্তে মহাক্না

মীওইবগা মীওইবগী থুম্নাইগা মরী লৈনবা অচুম্বা অত্থুবু
থিবনি মহাক্না
ধর্ম্মগী লাইপোকশিংগা মথোয়গী খোঙলোয় মীয়ামগা
থনম্মী অনিগী মরক্তা লৌশিংগী চৈথল।
য়াংলম্মী লম্বী তোঙানবা মীওইবগী থুম্নাইদগী
কয়া য়াম্না ঙক্নবা মরী লৈবগে মীওইবগা থুম্নাইগা
ভাক্তমদে ধন্দা, ওন্থোক্রমদে থবক্তা
ধর্ম্মগী ফিবমগা থুম্নাইগী পান্দমগা লৈনরিবা মরী অনিগীরক্তা
থুংনা নোঙ্বু লেমজবশিংদা চম্নবা লেঙদবা গুণশিংবু
মাম্নবা য়ুমফমদা থুম্নাই পুম্না লৈমিন্নবগী ফজবা গুণশিংবু
পাগৈজে রঙ্কিন্না থাঙ্গৎনিংঙি অৱাংবা ফিদমবু তাইবঙগী
অত্থুবু পেন্নবদি গান্ধীগা রঙ্কিনগা. ফিদমদদি ওঈরগা
থবক্তা থুং থাদবা, অৱাংবা ফিদমভবু শন্দোকপা, থবক্তি উত্তবা
পান্নমদে গান্ধীনা রঙ্কিনগী অৱাংবা ফিদমসু।
অম্সুম্না ধর্ম্ম কয়াগী অৱাংবা ফিদমসু ফনা ফজত্থুনসু
মীওইবগা থুম্নাইগা লৈনরিবা অচুম্বা অত্থুবু
ভাক্তমদনন অমসুং পুথোক্রমদনন থবক ওইনা, অৱাংবা ফিদমশিংবু
ধর্ম্মশিংত্থুবু লোবা ওম্নমদে গান্ধীনা লৈরিবা ময়েক অত্থুদা
ইরম্নবসু থাগৎনিঙবা অৱাংবা ফিদম কয়া লাইপোকশিংত্থুনা।
গীতাগী কর্ম্মযোগদা হায়রিবা থুম্নাইদা মীওইবগী মথৌ
গান্ধীগী মপূংফাবা থাজবনি. অরংবা লমজিং থাওমৈনি :
ধর্ম্মা পুম্নমক্কগী ইকাই থুম্নরম্মী গান্ধীনা থুম্নাইগী তোঙান তোঙাংবা
থোইদোকপা লীচৎ শাজৎপু অমসুং নাৎ ইনাৎপু থোইনা হেন্না।
পুনবা ওমদে ধর্ম্মনা থুম্নাইবু. পুনবগুম্না ঈনাৎনা থুম্নাইবু.
অচেৎপা মরী লৈবগুম মীওইবগা থুম্নাইগা, ঈনাৎকা মীওইবগীগা
মরক্তা

লৈ হেন্না অচেৎপা ধর্ম্মদগীস্থ মীওইবগী খুন্নাইগা।
অহুনা ফিদমনি ঈনাৎ হায়বসি জাতি অমা হিংনবগী
থবক্তি জাতি অহুগী, থাদোকপা য়াত্রবনি জাতি অহুদা,
পোকপদগী য়াওরকপা শাগোম্নরবা মখোয়দা।
লিংখৎখিবনি গান্ধীনা মরম অসিদগী ডরবানগী মনাক্তা ফোনিক্স কোলোনি
টোলসটোই কোলোনিগা যোহান্সবার্গকগী মনাক্তা ;
থবক নোম্মী মখুৎনা, চাক থোংঙি মখুৎনা, ব্লাই শিংলী মখুৎনা
অমাং-অশোই শেংদোকই মখুৎনা, আশ্রম অনিসিদা লৈবা মখোয়না ;
ত্তৌরম্মী মখোয় খুদিংমক্তা অপাম্বা হৈনবা পোৎ চৈ শাবগী থবক কয়াদা
তমখি গান্ধীস্থ মশামক্ত চপল ( কেনাৎ শাবা ) ত্তৌবগুম মখোয় মন্নামনা ;
পায়খৎলম্মী ইকাই খুম্ননা থবক খুদিংবু গান্ধী অমস্থং আশ্রমগী সেবকশিংনা
আশ্রমগী সেবকশিংদা পীবা থবক অহু লৌরম্মী গান্ধী মশামকস্থ সেবকশিংগুম্না
থনম্মী ধর্ম্মগী লাইপোকশিংনা ধর্ম্মগী অরাংবা ফিদম ;
অহুবু লৌহৌরি ধর্ম্মগী লোইনশিংনা অরংবা কুয়োমদুতা ধর্ম্মগী।
পোকখিবগী মম্নুংদা যুগকী মীওই কয়া তাইবঙসিদা,
পোকখিদ্রি মাগুদস্থ খ্বাইদগী ইত্তোং ত্তোওাল্লী গান্ধীনা
লুনা থোকই হায়বদা পোক্লকদরা তুংদস্থ মহাকুম্বা
পোকপনি অসিগুম্বা রাজনিতি গুরু চান্ননা মালেমগী ওল্লক্লিবা যুগ ;
নত্তে মহাক্তি করিগুম্বা মকম অমতগী মীওই
নত্তে মহাক্তি কনাগুম্বা জাং কাঙলুপ অমতগী মীশক

মরুপনি মহাক্তি মীওইবা থুম্নাইগী. ময়ুমনি মালেম অসিনা মত্তাকী।
খেন্নরমগনি য়াম্না মহৈ ভারতকী নিঙতম্বগী পোক্লমত্রবদি মহাক্না,
ভারতনা শান্তিগী মৈরা পায়রিবা অসিম্নু, এতোমগী যুগ অসিদা
চংথিন্নমগনি অতোম্না মওং অমরোমদ', ওইরোই হায়বদা
অরানবা ;

গান্ধীবাদকী অরাংবা ফিদম্না কল্লগনি মালেম অসি
চংখ্রগনি লাল্লাউগী উংথংনবা, লুমহুনা লৈরম্বা মতম কুইনা,
লেপখ্রগনি স্নুপর পরাম অনিগী থুংলাইগী লমজেল
গোর্বাচোভ রজিব গান্ধী, দিল্লী চুক্তি অনিগী ;
পুরক্লগনি শান্তি তাইবঙগী ফম্পাক্তা ইকুই কুইদনা।
থাদোক্লরগনি হিংস মালেমগী থিয়েটরদা
পুরক্লবগী পাউজেল মালেমগী কোম্নুং পুন্নমক্তা হিংসাগী মুক্তি,
চংখ্রে স্নুপর পরার, লাকলে পৃথিবীগী শান্তি ;
জিন্দাবাদ জিন্দাবাদ মালেমগী রায়ন্ড গবর্ণমেণ্ট জিন্দাবাদ
মমি তারে ওসিদি মালেম লৈমায়দা হিংসাগী মুক্তি দিল্লীগী চুক্তি
পুরক্লগনি শান্তি পৃথিগী কোম্নুংদা ইউঃ এনঃ ওঃ গী তাঙবলদা ।।

## ৬৫

# ব্রহ্মপুত্র

হে ব্রহ্মপুত্র! ব্রহ্মাগী পারী অথোইবা! তুরেনলক্তগী অহেনবা
পাঙ্গল চাউবা তুরেলও! ভারত লমদম নোংপোক পনশাবা
হিমগিরী নোংপোক উন চীংজাউ নাপোমদগী
পাইথরকয়ি নহাক্না অহোম তম্পাক তম্না থুনা য়াত্তনা।
লৌহুনা শকফম অকিবগী অকনবা শাফুগা লোইননা
লাওখোংনা চেম্বরবই নোংজু পাম্বাদা চীঙ্কাওন্নুংদগী;
ফুক্তংলি য়েংলোম ওইরোম উপাল-রাপাল কয়া
ঝম ঝম ফুজিল্লি তার্কান্দ নঙগী শাফু কনবা ঈচেলনা
ভোং ভোং নিঙথাইরি তোর্ব্ব'ন লৈবাক, অকিবগী মশক্তি য়েংবদা
হে অঙাওবা তুরেল! নঙমক শাথীনা ঙাওব লৈতেকো অতৈ তুরেল!
হায়মনবা ওইব্রোইকো কৌবদা নঙসে "অরাবগী তুরেল"।
নহাক্না মাঙ-তাকহনবা অহোমগী তম্পাক লমদম, চহি খুদিংগী,
অকিবনি! শিহল্লী মশীং লাকঙমত্রবা মীওই কয়া
নিঙথায়হল্লী য়ুম-কৈ ফুরা দলান কয়া কয়া ঈশিংনা ফুদেক্তনা
কাওবা য়াদে চঙখিবা নঙগী গর্ভদা পশুরাম কুণ্ড ধর্ম্মগী লাইফম থাইনগী;
অকনবা য়ুহারাব অহুদা শাথীনা মাঙ তাকহনখিবা সহর মচা মচা কয়া।

য়োংশিনখিবা নহাকী খয়াত্তা হল্লক্তয়োই অমুক মহু,
খণ্ড প্রলয় অহু, মমিং তাবদা পনবদা থক থক নিরুখি।
ওইহনখি পাক চাওরবা সমুদ্র ঈপাক অমা মরুদা ব্রহ্মপুত্রগী
য়োংশিনখিবা জিলা কয়া সহর কয়া থুঙং কয়া
নহাকী পুকমুংদা অকিবগী মশক ওইরবা

লোইচ্রিবৈ য়ুগারাবনা লৈত্তে থাজনিংঙাই মীওইবগী পুন্সি,
লমদমসিদা।
য়ারকউ ব্রহ্মপুত্রবু ডাম কয়া শাত্নুনা কিহনগনু মীওইববু
মহাকী তোর্বান্দা হিংলিবা অহোমগী মীয়াম অমস্তুং অতৈ
জীবপানবশিংবু
অহুবু হে অপোইবা তুরেল! থাগত্তবা ঙমদে মহাকপু
অমরোমদা
ঙাকথোক্লম্মী মহাকী পাঙ্গলতনা নোংচুপলোমদগী লান্দারকপা
মখোয়বু ;
ভারত লান্দাব মখোযনা, লোখুনস্তু লমদম অতৈ অতৈ
ভারতকী
মহাকী অমস্তুং মহৌশাগী পাঙ্গলনা মরম ওইদুনা
লাকশিনবা ঙমলমদে থায়নগী অহোম্বু ইরায় লায়না।
অমুকস্তু নোংপোকলোমদগী লান্দাবা মখোয়না মিয়ানমার
চীনানচিংবনা
ঙমগীদে পাক-হাইজিনবা ভারতকী লমদম অতৈদা,
হে অপোইবা তুরেল। মহাক্না ভুবং থত্তুনা লৈবদগী।
ঈচিক হল্লে, ভাংলৌ অথেঙবদ মরেপ ওম্বা চাংজোদা
নেমথখি তপ্প তপ্পা ল ইঙ্গ ঈরাঙখোন অকনবা
অতিংগী মুপক লানশ্রবদা মীচিক মীরাওখোন তাশ্রবদা
থাবলনা কবোক চাইবদা তাংলৌবা পুমচীক চীকশ্রবদা
তোর্বান তোরৈ লিথুন্দা লাঙলম্বা মালংবনা নেমশ্রবদা
ত্রোং ত্রোং খোঙজেলনা, চোপ চোপ ঈপোম্না তোর্বান্দা
তপ্প তপ্পা ফুররি হীরোই কয়ানা হিংগোনবা মখোয়না
অহিং থুম্নোনবদা ব্রহ্মপুত্র তুরেনগী ঈপাক্না তাওদুনা
নঙগী ঈথক ঈপোম্না মুংশিংকী য়াহিপকা লোয়নানা

পুমচিক চিকপ্পে তাইবঙ অসি, অহিং অসি পুমলাং লাঙখিদরে।
থাবলনে নামিবা মুংশিংনে, তুরেনগী ত্রোং ত্রোং খোঞ্জেলনে
পুন্নমক অমত্তা ওইনা পুমচীক চীকপ্পে তুম্নহিপ্পরবদা ;
যুগ যুগ কয়াগী খোঙজেল য়াঙবা তুরেলও !
উপ্রে ভগদত্তগী থৌনা নঙগী থায়নগী পুন্সিদা
মহাভারতকী দ্বাপুর যুগ নঙগী শাংলবা পুন্সি অসিদা ;
কুরঙ্গ নয়ণীনা থাংশাং পায়দুনা ডাকখিবা
মপুরোইবা তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেবগী সনাগী নিংথীরবা তাংবল
উপ্রে নহাকনা নমাঙদা লুপখিবা নোঙ্গা নোঙ্গা পত্তালদা
পশুরাম কুণ্ডনা।
উপ্রে ইকুই কুইদনা পাঙ্গল চাওবা বৃটিশ তেঙ্গোলবু
রেল তালী খদকুনা ভারত স্বদেশী লাঙ্গীনা মাঙহনখিবা ;
নহাক্না ওইরকলি মতমগী শাক্তি হৌখিবা, হৌজিক, তুংদা
ওইরকদবা
অমাঙ-অতা নৈত্রবা, ইশিঙ্গি ইতিহাসকী রারেং নহাক্না
মসিতদি ইহেল হেল্লে নহাক্না, তাইবঙ মীওইবশিংদগী
ওইররোই কৈদে ঙৈদা শিবা তানবা মীওইবনা
পোকপা নাইবা তাইবঙনা মীওইবগী পুন্সিদা।
কল্লকইদা হে পঙ্গল থৌবা তুরেলও !
তাইবঙ লাঙোংদা নহাকপু ;
অমুকম্নু দোলান মপোন কুনদগী মিলপতিগী কোল কারখানাদগী
পাইথোরকপা
মৈখুগী মপৈগা মাঙদা উঙলিবা জহাজগী চীমনিগী মৈখুগা
পুম্মু মুপ্রে অতিয়াদা, ওনথরে হুগী মুংশিং।
করোরপতি কয়াগী কোল কারখানাদগী থোরকপা গ্যাসকী
থাওখীপা

তিন্নবদা ব্রহ্মপুত্রগী জহাজদগী কাপথোরকপা থাওখী-গা
মুশুক মুনা পুনপ্রে ব্রহ্মপুত্রগী ঈশিং ঈয়াইদা
ওইপ্রে ভাগী য়েক্লবা জীব কয়াগী অমম্বা !
নহাক্কী তোর্বান অনিমক্তা হাইগৎনরক্লি সৌদাগরশিংনা
ফুরা দলান কয়া মথোল কয়াগী, উবদা অঙকপা ওইবা ;
হে উদবা মতমগী অউবা তুরেনও !
নমাওদা লাকলি হৌখিবা কয়াশু
নহাক্তা থাজরি তুংগী কয়াসু ;
পুম্নমক্কগী হেল্লবনি মসিমদি নহাক্তা
তানবা ফংবা ওম্বা নত্তে অত্তে অমনা
নঙগী অস্থবা পুন্সি, লেঙদবা মিংচৎ ।
হিমালয় চীংজাওরক্কগী ফাওদোরকপা নহাক্তা,
নঙগী তোর্বান চাংজো অনিদা উরি তারী
শা কৈনা থনপ্রবা উমং কয়াদা,
উচেক রায়ানা পৈপ্রবা মালওদা
মখোয়না খোংবা ঙংবদা
খোঞ্জেল নীশীং লীশীংগা
নঙগী ঈরাওখোনগা পুনবদা
খোরকই শৈশক অমা মীওইবনা কাওঙমদবা
যুগ কয়া নহাক্কী লাঙোন্দা
লোয়নছনা লৈ নহাক্কা কাওঙমদনা ।
নঙগী শাজৎ হোংদবগুম উমংগী শা কৈগী শাজৎসু
হোংদনা লৈ অহুম পাঙথোক্লি মথৌ
মহৌশাগী ওইবা উচেক কয়াগী লিচৎ শাজৎসু মখোয়গুম্না
পোম্বাদি তাইবঙ মীগী, অকল্লবনি মাঙগী লেপ্লগা
তুংগী কয়মা হায়গনি, লেঙলী পাল্লিবা জীবশিংগীসু

হে অংগোবা ! হোংবা লৈত্তে নঙগী শাজং
চৎনরক্লি থাইনদগী অস্তুম অস্তুম
চৎখিনি হৌজিকস্তু অহোংবা লৈতনা অস্তুম
লৈখীনি হোংদনা অস্তুম মতুংদস্তু
হে পাঙ্গল চাওবা তুরেল-ও !
উরিগনি নহাক্তি অকনবা থৌনা মীওইনগী
লৈরমলোই অঙনবা যুগতা মীনম সোরী তাইবঙগী ॥

---

## ৬৬

# মৈত্রবাক

ভসি ভাল্লি মৈত্রবাক ।
মালেমগী অমত্তা ভাইবা মৈত্রবাক
হৌমিন্নবকই চাউখৎপগী লমজেলদা
মালেমগী লৈশেমচঙ্গে থুন্নাইদা ;
পোকমিন্নরকই এসিয়া মাইনর সগরঙও
মালেমগী অমত্তা ওইরবা লোকতাক
মীতৈ পলেম মৈত্রবাকী থোয়দৌ ॥
তাইবঙ মপোক হৌরকপদা অহৈঙ্গে
থিংগি মীওইবনা ঈশিং ন্নুংশিৎ অশেংনা
চেনশি লাপ্ন অশাবা লৈকংলাবু কিবনা ।
মরুগী লমদম মরু তাবা ভমাদ মওইবা
থিখি ফংকম অক্লনা ঈশিং ।
লোইরোই লোইরোই হাইথরকপা
ঈশিং মনাক্তী থেল,
মীওইবগী পুক্নীং ঈংহল্লনা

অশংবা মনা মশীংগী লৌবুক
য়েন্নিং হল্লকপা ঈশং শংনা
উবদা ঈথক হৌরকই মীওইবা
হিংবগী থৌনা ফাওরকই নৌনা।
নক্লা থুমখোং ফাওরকলে
চীংদা ঈফুৎ হৌরকলে
মসিমক্তি মীওইবগী হৌরকফম
থরায় কয়াগী শন্দোকফম।
"লৈশেমচৌদগী ফংলকপা
থুমখোংনিনে মীওইবগী
থরায় পানবশিংগী অহানবা থুন্দাফম
মফমনি চাউখৎপা শন্দোরকফম"
তাকলিনে ঐখোয়গী লোকতাক্লা।।
শকলোন শুনা তিল্লবসু সমরখণ্ড
থুম মশক খণ্ডখিদে,
সমুদ্র মমিং তাখিদে,
অহুবু অশেংবা ঈশিং মুংশিং
ঈশেং শেংবা মীতৈ থুম
তিল্লি লোক্তাক মকোয়দা।
পোক্লফমনি, হৌরকফমনি
চাউখৎফমনি ঐখোয়গী
খোয়দৌ ওইবা লোকতাকনি
মীতৈ থরায় ওইবনি।
মীওইবগী হৌরকফমগী
মচাক্লা তিল্লবা লমদমসিদা
মীওইবা থুম্মাই পুম্বগী

মচংনা থল্লবামকমসিদা
পোকখিবনি মীতৈ কুরুপ
মীতৈ খোয়দো লোক্তাক্লগী ।
পোরককনি তৌরককমনি
চাউখৎকমনি ঐখোয়গী
খোয়দো ওইবা লোক্তাকটা
মীতৈ থরায় ওইবনি ।।

---

৩৭

## হারিনোংনাং

খোংজোংমুখী নোংগারোল,
রারী শীংবুল নৈনরোল,
হারি কনা নিং-নিং-নিং, নি-নি-নি
তেংথাহুনা, কুইরেদা, তাইবঙ চিঙ্গাক চাখিদবা !
চক কয়া হোৎরে, লোইদাম শীংবুম লাকওমদরে,
অতুবু কাউবা ওমদে নহাকনা, হল্লকই তঙনা ।
নকুম থা যৌরকপদা কালেন থা চংলকপদা,
নিংশীংদবা ওমদে ঐনা, নহাকপু কৈদৌঙৈদা ।
পম্বৌ পলেম থাইনা মৈচাক তেংথারি নঙনা তঙনা
থায়নগী যুমজাও কম্মেন উখোকতেন্দা,
পলেমগী মাক্লোন্দা থাবা য়োংথমদা,
করিগুম্বদম্বু কীশাবী নংচেগী শাইনোন্দা
তোংলগা তেংথারী চেকলা নঙনা ।

নগুসে খোংবন্তনা নগুগী অপেনবা ওইদ্রি
তেংথাবনা নহাক্কী চিঙ্গাক ওইরিদে।
চেকলা নগুগী নপুন্সি অসে, তেংথারি মীওইবনা
নকশিন্নী থম খেংনা মীওইবগী পুন্নাইগা।
চেকলা নগুগী পুরান্নী লোনগা,
শন্দ্রেনবী চৈশ্রাগী মীওং-মীনৈ লোনগা
খেন্নদে খেন্নদে, ভাইবগু কন্নাক থকসিদা।
নগুসে, মীওইবনা কংগুমদবা থরায়রা ?
পাউজেল লাইরেন্বীগী তেংথারোললা ?
ভাইবগু মপুগী থরায় মীরেনলা ?
ভাইবগু মপুদি চাদে, থক্কে, তুমদে, রাদে, শিদে,
ঈশৈন্তনা, শকপা শোনবন্তনা তন্তুনা
মাগী পোখাবনি, মাগী থরায়নি।
নগুন্নু, শকপা শোনবন্তনা নহাক্কী পুন্সিরা ?
ঈশৈন্তনা নহাক্কী থরায়রা ?
ঈশৈন্তনা নহাক্কী থম্মোইরা ?
হাঃ চেকলা নহাক অসি
উচেক হায়রে পীকমন্নি,
তীল হায়রে চাওমন্নি !
করম্বা কাংলুপপু পীশিগে !
করম্বা মিংথোলবু খোনশিগে !

—— ——

৩৮

## খোংগ্রেদা

থোংগ্রেদা নৌগ্রেদা নহাক্কী লাতপানসে,
কনগ্রেদা, চেংগ্রেদা নহাক্কী থম্মোইসে,
বাখল অসি লৈবনা মীওইবগী
বাশক অসি ঙাকপনা তাইবঙগী
ঙসি হিংলি ঐখোয়না অকিবা লৈতনা
থুপ্তুনা মরুমদা মঙালগী ঈপাক্তা।
অমুকম্থু লাউরি খোল্লাও অমনা
অতুংপা লৈতনা খোঙ্থাং অমনা—
কে-মোবনা অরাকদা লোটশিল্লী।
নোম্বা কনবনা অইংবা অচৌকপদা পন্দোমলী।

---

৩৯

## শকথঙদবী পোম্বী অমদা

পাইরকই মতোমতা থজহৌদনা
তোংলমই মতোমতা উহৌদনা
উশা অমদা ঈংখোল মতোনগী।
ফোংদোকপা ঙমদবা রাহং অমা
হংলি মহাকনা ঐঙোন্দা,
হংনি ঐঙোন্দা তত্তনা।
শীপ্পি ঈজিং মমিংনা
থমুংগী রাখলবু মহাকী।

অচুবু থুমগনি কনানা
ঘাহং অচু মাঙোন্দা।
মান্দি মানপ্রেদা নহাকসে,
হে পোম্বী শকখঙদবী।

---

৭০

# পুনশিনখরো

পুনশিনখরো হকচাংচুম্ব অনিমক
অমত্তা ওইনা অনিচু
ওইশিনখরো শায়োন্দু
অমত্তা ওইনা অনিচু
লুপশিনখরো থম্মোইচুম্ব
অমত্তা ওইনা অনিচু।
অচুবু হায়রকই চারবীবা—
করিনো করিনো মবুংঙো।
লোখোকপীখরো হকচাংচুম্ব অরুবা।
মাংপ্রসন্দু অরেম্বা হকচাং কায়দবা
ছন্দোকপীখরো মিত্রংগী শকলোন অয়ানবা
ময়েকশেংদবা মালেমগী মুন্তি, অমম্বা।
তিনপ্রসঙ্গ থম্মোইগা থম্মোইগা।
থাজোকুনা হকচাংনি লেপকবা।

## ৭১

# কুরঙ্গনয়ণী

নিংথৌ কোন্দা হাইনা হুম্না ঙাম্থোইবী
নিংথৌরেল ভাগ্যচন্দ্রনা মুংশিনা কোঞ্জবী
ময়াম্বুং ইবুংঙো গৌরশ্যামনা পোকচবী
মজাইবেম্মা, মুংশিনা থোঞ্জবী 'অঙৌসনা'
পাম্মুনা ফংজবী "ফোংদা লোকপী" সনাহল
অহোম দেশতা ফাওখিবী 'কুরঙ্গনয়ণী' হায়না
মিংথোল অহুমনা লৈতেংবী মজা ইবেম্মা
মহাকী অঙকপা থৌনাবু কাউবা ঙমদে ঙসি ফাওবা
শোম্নরী ঙসিস্থু তেথাও লৈবাক্তা মহাকী মিংচৎপু।
হৌখিবা রাবু নিংশিংলুবদ,
মপাবুং ইবুংঙো গৌরশ্যামগা
মতোন ইবুংঙো ভাগ্যচন্দ্রগা
চহি অহুম অহুম নিংথৌ ওইনখি।
ময়াম্বুং গৌরশ্যাম থংহৌদনা নোঙ্গাখি।
ময়াম্বুং লৈত্রবদা ভাগ্যচন্দ্রনা,
মীত্রৈবাকী নিংথৌ খুবম ফংখি।
মজাইবেম্মা 'ফোংদা লোকপী' সনাহল,
খাঞ্জনবা থলম্মী মতোন ইবুংঙোনা,
তেথাও নিংথৌ স্বর্গদেবদা
মতোন ইবুংঙোগী নিংবা থুংহনখি অয়েংপা লৈতনা।
অহোমগী ফুঙ্গা পুরাণীদা শোম্নরী লাইপোকনি হায়না মহাকপু।
নোংমা অহিং অথেঙবদা থাবলনা ককচেং চৎপা উবমুক ঙানবদা;
মায়পৈ খুদিংমক পুংচীক চীকথবদা, উনানা মুকম মুকম শোম্রবদা,

ব্রহ্মপুত্রগী ঈথক ইপোমনা লুপা মহি চেনবগুম ঙাম্হোয়রকপদা
ঈথক ইপোম মথক্তা অঙৌবা শগোল ভোংহুনা
খুত্তা থাংশাং পায়হুনা পাম্হোইবীমুক ফজবী অঙৌম্নানা
মিংম্নমা শজি মিত্তা ঙমজবী কুরঙ্গনয়ণীনা
থাংগী জগোই শাবকই শগোল থৌহুনা
ঙাকলক্ষ্মী অহোমগী কোমুং দেবীগী শক্তম লৌহুনা।
অহুবু ভত্তনা নিংশিংলকই হৌজিকস্ম অহোম প্রজানা
ব্রহ্মপুত্র ঊবদা অহিং তাংলৌ অথেংবদা মহুদা।
খবাকনা ক্তেরা মফোনগুম থোংনা ঙৌরবী,
কুচুনা সনা অহিংবা মচু মাল্লিবী,
পুম্বুম ভাবা পাম্বোমনা থম্বৌ মতাং ঙবজবী,
ফজরবী মায়থোংদা থাজ ঙম্বী চেংলৌদা
কোয়ৌ মশেকনা য়ৈবদি সিন্দুর তন্না নমঙম্বী,
নোংপোক চম্বু এইবনা, পারবা থোংলবা মিংপান্দা
হৈশিংবা লাইয়েকপগী তুরিনা পিগুম তেক কায়দি
অমুবা মচুগী লিক্লংগুম গুম্বংলি মজা ইবেম্মনা।
অমুক্তা পোক্তবা হেম্নোইগুম কুরঙ্গনয়ণীগী অঙকপা
থাংগী জগোইদা মৈ-হৌরে চুমথাং খল্লে অহিংদা
থাবল মথোংদা লশিং মফোলগুম ঙৌরবা।
লুহোংখি খৃষ্ট কুম ১৭৬৯ দা 'অঙৌম্না'
লোয়ননা মপুরোয়বা স্বর্গদেব রাজেশ্বরগা।
অঙৌম্নাগী গুম্বংনিংঙাই ওইবা শজি মিংম্না
মানবী মিংয়েংবু থোনখি
কুরঙ্গনয়ণী হায়না অহোমগী মহারাণীবু
অউন পোং খুদিংমক চামা-চামনা খুজিং ওইখি
সনাগী লৈতেং, লুপাগী লৈতেং, শেজেংগী লৈতেং

কোরিগী লৈতেং, লৈতেং খুদিংমক চামনা খুদিংনি।
কাব্রংগী মুখ্য মখল মখলগী লৈতেংনা খুদোল পোং ওইখি।
উমংগী পোথোক্না শামু ময়াগী শক্তি মচিগী
লৈতেং কয়ানা অঙকপা ফংবা অউনপোং ওইখি।
সিপাই ১০০, লুপা ১৫০০ সু অউনপোং ওইনা অমখি।
অহোমগী কোমুং শিবসাগরদা পানখি স্বর্গদেব রাজেশ্বর
থোনখি শিবসাগর পুখ্রিবু কুরঙ্গনয়ণীগী লুহোংবগী নিংশিং খুদম
'মগলুজ পুখ্রি', লৈবাক মীয়াম হরাওরে, অনৌবী মো লাকপদা,
অরাবদি, থংহৌদনা লুহোংবগী চহি কাখ্রিডৈদা রাজেশ্বরগী
পুন্সি লোমখ্রে।

স্বর্গদেবনা থংহৌদনা থুপখ্রবদা ; মনাও ইবুংঙো লক্ষ্মী সিংহনা
অহোমগী সিংহাসন ফংলম্মী ; অহোম লৈবাকী অমম্বা যুগ
হৌরকলে

মতম অদুদা হৌরকই মাও মরিয়াগী লাল, লক্ষ্মী সিংহ মায়থিপ্রে
বন্দি তাখ্রে, মাও মরিয়াগী লুচিংবা রাঘবনা অহোমগী নিংথৌ
ওইখ্রে।

চহি অসিগী এপ্রিল তাং ১৪ দা বীহু মুমিত্তা কুরঙ্গনয়ণীনা
শীল লাংবা অরোনবা খুজিল থোরাং অমগী মতুংইন্না
মী কাংলুপ অমনা ঈশৈ শকল শরুহুনা কোমুংদা চংলকখি।
অহোমগী সিংহাসন পায়খ্রবা রাঘব নিংথৌনা বীহুগী
দান তৌবা লাকপদা থাঙ পায়হুনা চংলকই।
মহারাণী কুরঙ্গনয়ণীনা হায়রকই— "নিংথৌনা
দান তৌবা লাকপদা থাঙ পায়বা হৌনদে"।
মহারাণী কুরঙ্গনয়ণীগী ৱা অসি তাবদা রাঘবনা
মহাক্না পায়রকপা থাংশাং অদু খুদক্তা থমলগা
দন্দবৎ তৌহুনা খুরুমলমই। মিকুপ অদুমক্তদা কুরঙ্গনয়ণীনা

থাওশাং অহ্ য়াম্না থুনা লৌথৎলগা য়াঘবপু
য়ান্নুনা হাংখি। করিগীদমক হৌখিবগে লাল য়াঘবনা ?
অহোমগী রাজদরবারগী বর মন্ত্রি কিরিতিচন্দ্র বর বরুয়ানা
নোংমা ব্রহ্মপুত্রগী তোর্ব্বান্দা রাঘবকা উনখি ;
মতুদা রাঘবনা মতিকচাবা ইকায় খুম্নবগা লোয়নলা
কিরিতিচন্দ্রবু খুরুমখিদে হায়বগী দমক বরমন্ত্রিনা
রাঘবকী খজাইদা খুদাক্কা থাখি ; মতুগী
লম্মন শিংবা ওইনা রাঘবনা লাল হৌরকখি।
ভারতকী অবাং নোংপোক থংবা লমদমদা থায়নদগী
মনিং মথা তম্না পাল্লম্বা শকনাইবা লৈবাক্তি— তেখাও, মীতৈ, তখেল

মখোয় অসি পুরারীগী মতু ইন্না তাই, তৈ, ত হায়না খংনরমই
নোংপোক্কী সনা চহুম — ( চৈ-অহুম ) শাবগী লমদমদগী লাকপনি।
খংনরকই মখোয়বু থায়নদগী হৌনা, তাই — তেখাও, তৈ — মীতৈ, ত — তখেল।
অহোম নত্তনা নোংপোক্তা পুরারীগী নিংশিংবা ওমদবা মতমদগী
মরুওইবা ওমথৈ কায়দনা লৈরকপা মনিংতম্বা লৈবাক্তি মীতৈবাক, তখেল
লৈবাক অহুম অসি কোন্নু গী থাক্তা চারৌ মোরৌনবা চৎনরমই
মসিদা খ্বাইদগী ফাওখিবদি কুরঙ্গনয়ণীগী পুন্সিগী রারীনি।
কুরঙ্গনয়ণীগী মগুণদি মীতৈ সুপীদা লৈবা গুণ পুম্নমক অহু মহাক্কীনি
শমনা হায়রবদা মীতৈ সুপী পুম্নমক কুরঙ্গনয়ণীনি —
শক্তা, চুদা, মরিন খাবদা, পাইরক্কী লোন্শিংদা, থৌনা ফবদা, নোম্বা ফনবদা
নিংথৌকোন্দা পোকে পোকউ, মীচম ওইনা পোকে পোকউ,

কন্নিমত্তা থেন্নদে পুন্সিগী মিৎয়েংদা, পুন্সিগী পান্দমদা, পুন্সিগী
মথৌদা।
মীতৈ মুপীগী থৌনা লু-ত্তোংদা শকপ্রবনি, মীতৈ মুপীগী থোংপা
নৌবা
মহৌশাগী ফজববু য়োকখৎপা, মীতৈ মুপীগী রঙ ভঙ তৌদনা
তরু তরুনা ফজবা লু-ত্তোংদা পকপ্রবনি, মীতৈ মুপীগী চিংহি
ফুৎপগী
মনম থুম্না মুংশিবত্থ মালেম ফাওপ্রবনি, মীতৈ মুপীগী লান্দা
থোবা,
লৈবাক ভাকপগী খুজিল থৌরাংদা য়েৎনিভাই লৈত্তনা
ফাওপ্রবনি
ওইরকলি মীতৈ মুপীগী হিংনবা পুন্সিদা মুপী লাল, নিষা বন্দ,
মৈরা পায়রী।
মত্তম মত্তমগী মতুংইন্না চোংথোরকই তোঙান তোঙানবা
শকলোন্দা
লোইবা নত্তে লৈবাকী য়েকনবা পুন্নমক থেঙ্গায়নরকপা
হৌজিকসু।
লাউরি বি, বি, সিগী অতিয়াগী পাউজেল নজ্রগা লণ্ডনগী পাউ
চেদা
কোয়শিন্দুনা মীতৈ মুপীনা মুপাবু অরানবা চুমথোকপা
তাবদা থংনা থোকনি মালেমগী লমদম অতৈদা।
অদুবু নৌনা থোক্কে লৈবাক অসিদদি ঈজ্ঞৎ ঙাকনা অরাবা
থাঙবদা
মাঙ থাবা মীতৈ মুপীনি ইমুং মমুংগী হিংনবা লানকমদা।
মাজনিতিগী 'ঘেরাও' ওসিগী কোয়শিন লাম্নোং
কাওখি খৃষ্ট কুম ১৯৩৯ ডিসেম্বর তাং ১২ মুপী লালদা

কোয়শিনখি মীতৈ মুপী তেক্লোললা, কাওরবা অনিশুবা
মুপীলাললা

খমখি কোয়শিন্নুনা দরবার হোলদা মণিপুরগী দরবার মেন্থরশিংবু
'চে: পীয়্' হায়বা খোঙ্জেলনা মণিপুরগী অত্তিয়াদা পুমনিল
নিলখি।

পৃথিবীদা খ্বাইদগী নৌবা লাল্লোংনি, ইহান হানবনি।
অমুকস্তু মণ্ডল উৎপা ওস্বী মীতৈ মুপীনি
লৈবাক্কী লাইরবা কোকনবা, ইনাক খুনবা স্টেট ওইনবা
লানকমদা।

লানবা ওইরোই মীতৈ মুপীদি— "মিস্তা থরায় পানবনি"
ফীশা লোনশাদা, কলা বিদ্যাদা, শাস্ত্রদা মালেমদা মিংচং
মখোয়নি।

কুরঙ্গনয়ণীগী অরোইবা মুখলদা লীলাগী
লৈবাক কাংথুং চাইরবদা তেখাওগী
কনখি পাইরক্কী লৌশিংনা মহাক্কী
হক্তিনহনখি নিংথৌগী খুবম অহোমগী
মাওস্বী থৌনা কবী পুকচেল তপ্পী কয়া—
পাম্বোইবী, থোইবী, লিম্বোইওস্বী, মীতৈ চনু
পোকখি লৈবাক অসিদা পোক্লকখিনি কয়া।

---

৭২

# পুন্সি লীখুন

শেমখিবনি মীওইবগী পুন্সি
অমম্বদগী বিজ্ঞানগী কুয়োমদগী
কাওদোরকপনি ভাইবঙদা ইভান ভান্না
ডিভাইনগী শক্তিন্না অভানবদা
লোয়নরকপনি থবায় পানবা কয়াম্নু
শা শল উচেক রায়া ভিল কাং
মসিবু কৌবনি শেম্বনি
ভাইবঙপান অমম্বা ওইনা।
মসিদা ভাল্লি অমভং
আ-মুংদা পুন্সিগী লাইশঙ ।
চেল্লি ঈফুং লোইদবদা
অভংপা লৈভনা লেপভবদা
শম্নহল্লি মীওইবগী শিবগা
ডিভাইনগী রাখল্লোন অমগা।
লৈরকলি মসিগী হৌরকফম
লৈরি ভম্বনা লোইফমম্নু।
মন্দিরনি মীওইবগী পুন্সিসি
শঙলেন অসি শেংলবা।
শেমলকপনি বিজ্ঞান্না অরংবা
অয়ানবা য়াওদবা কনাদা
হকচাং কয়াৎ থুদিংমক
পোনবনি মথা ভম্বনা
হৌরকফম লোইফম বিজ্ঞানগী।

কুপ্না ইন্নবদি বিজ্ঞানগী পাউতাক
হকচাং কয়াং খুদিংবু কায়দনা
খুত্থম চনবা ওমই মীওইবনা
শিংসগী অকিবা নৈতনা তাইবঙনা
মসি অচুম্বনি লেঙদবা বিজ্ঞান তত্বনি।

---

১৩

# সৌরজগৎকী য়াহ

পুম্মম মমগ্রে মালেম,
বিজ্ঞান্না মখোং পান্দুনা চংলকলে,
মথুং তিংথোরক্লে শাংনা।
কোনশিনগ্রে য়াহ অমুবনা;
মালেম খোনবা মথায়াং কাথোরক্লে,
তপ্না তপ্না চঙলক্লে,
শর শর উমশিনলক্লে,
সৌরজগৎকী থরায়রেনবু।
সমুদ্র ঈরাও নেমথক্লে,
মনিন মহা তাখিত্রে,
মুংশিংনা চপ লেপক্লে,
কিবনা চীংঙুং মাঙ্গুংদা লোৎখ্রে।
অতিয়া পুম্মম মমগ্রে
অকিবা অঙকপনা থনগ্রে
থরানমিচাকনা মূনা মূনা
অমম্বদগী ফীরুক হাইদোরক্লে।

সোয়ারেন্না বন্ধ কৌশ্রে
সোরোক্তা গারী চেনখিত্রে
মী পোং ফাওবা উখিদরে।
য়ুমথোং খুদিং থোঙ লোয়শ্রে,
মমানা মচাবু লিকলিবা
থবাক্তা চেজেং কোনশিনশ্রে
মমায় মায়খুম উপশিনশ্রে।
হুংখিলনা অহিং ওল্লকপদা খংহৌদনা
উচেক বায়া ভিল কাং শনবী শন্নাও
পুংভাও ভাওরে পুংকি কিশ্রে।
চেক-চাক, মো-মাও থোঞ্জেন্না
পুমনিন নিনশ্রে কিবনা।
পোম্বী চেক্লা চাকভাখিবনা
হক্তিনকম খংদরে মম্বনা।
কপলকলে মচা কায়নবগী বাবনা।
উচেক মচাশিংনা অকোয়বদা মকোনগী
শান্ন শান্ননা পাইবা তমলম্বদগী
খঙহৌদনা খংমম মমশিল্লকপদগী
মকোন মথুন মাংশ্রে,
কপলকই মমা কৌহুনা কিবনা।
সাইনটিশ, মহৈরোয়, নহারোল পাখং
পুল্লপ পুল্লপ তিম্মুনা মচি মচিদা
য়েংলক্রে মাহগী শায়াক,
পায়হুনা খুত্তা টেলিসকোপ
শেমলবা সাইনটিশকী ডিভাইসনা।
মাহনা অাইবঙগী অকনবা মপুবু

মিংনা উবা লাইনিংথৌ কোরৌবু
অস্নুম অস্নুম উমশিল্লকুনা
পুমউম উমশ্রে পুম্মম মমশ্রে।
অকি-অথং অরা মুংশি ভিনশ্রে
তাইবঙ মীওই পুম্নমক্কা ওসিগী।
সৌরজগৎকী রাহুনা অকিবা
কিহল্লকই রারকলকই তাইবঙ-চা করাবু
"নখোয়বু হেনবা লৈবনি, লেংদবা
শক্তি অচৌবা মপু অমা কায়দবা
থংনগন্নু ইংনা পানমিন্নৌ কুইনা
লৈবাক ওাকলোন ফজহল্লু তস্তুনা
পাউজেনসি কাওগন্নু মতম পুম্বদা।"

---

৭৫

# থিজবদা

শকপীন্নু শোনবীন্নু ঐগী থবকপু
থাগৎপীন্নু ইশুণবু য়াম্না হেন্না ঐগী
চনবীন্নু ঐবু অাহেনবা শীংদা লৌশিংগী
খঙজরোই, উজরোই, তাজরোই, থেংনজরোই
চৎশ্রবদা ঐনা অঙানবদগী অমম্বদা।
মসিমদি খঙজে শিবদা পুরোই ঐনা,
ফজবা অথিবা ঐগী থক্কম লৈতে মতুদা,
অমম্বা লৈবাক্তা মুস্তুরং লেন্দা
লৈহৌগনি অসিদা সনা-লুপা পোমকি-ফারা।

অমম্বা মফম হৈনদে ঐনা কৈদৌমুংদা।
শকপীয়ু শোনবীয়ু, চৈবীয়ু থাগৎপীয়ু,
মরিক'মতং ভাজগে খণ্ডজগে অঙানবসিদা উরিবা।
পোকপা শিবা অহিং মুংথিল অন্ধানি,
খোঙচৎনি তাইবঙগী য়ানিংঙাই লৈতে করিমু।
দাকঘর লৈতে, টেলিকম্যুনিকেশন ফাওদে
থবক তৌদে অমম্বা লৈবাক্তা, অশিবা লমনি।
ঐখোয়না থিদা থিরুরগা লাইরৈবাক স্বর্গ হায়বসি
ওইরমগ্রে অতৈ অমা, ওইরমলে মালেম অসি অশংবা।
অতুননি হায়রিবা ওজোন্দা হেনগৎহনগমুসি অশাবা
মালেম পৃথি কনশি নত্রবদি মহা-প্রলয়।
পৃথি মাংখ্রবদা 'খণ্ডবা' হায়বা অসিমু মুৎখ্রগনি,
পোকপা শিবমু লৈররোই, হিংবগী য়াদি লাপথ্রে।
লৈহৌগনি অমত্তং সৌরজগৎকী মকোয়দা মৈগী বোল।
অমরোমদা হোৎনরি য়াম্না কম্না বৈজ্ঞানিকশিংনা,
থাদা, মঙ্গল গ্রহদা, সুক্তরংদা লৈবা প্লানেৎশিংদা
মীওইবনা খুন্দাবা য়াবা মফম থিতুনা হন্দুনা,
অতুবু হৌজিক ফাওবা ওইদ্রি, মহৈ য়ানবা ঙমদ্রি।
নোম্বদি তদ্রি, লাইনা শেম্বা লাই তাইবঙ মীনা।
সেতালাইট কয়া সুক্তরংদা থাগৎলি মীরৈফম শেম্নবা।
গান্ধীগী পাউতাকনা তপথহল্লি ইংথহল্লি পুম্নমক অসিবু।
মহাকনা হায়রমই— "ঐদি শিংথিগনি, অতুবু ঐগী থবক্তি
অমর ওইহোগনি" মীওইবগী [illegible] মুংথিরোই।

